## ফুটবল

# রেফরীগী লমজিং লাইরিক

অমসুং

## ৱাহং-পাওখুম


শ্রীয়ুমখাম ইবোমচা সিংহ

বিঃ এঃ ( হোন্স ) ।

# ফুটবলগী লমজিং লাইরিক

অমসুং

## বাহং-পাওখুম

*International Football Association )*

derotion International Footboll Association.

হন্দোকপা :—

শ্রীযুমৎ ম ইবোমচা সিংহ বি এ ( হোন্স )

( অম্নিবগী হকচ নি )

মমল লুপা ৬

অফোঙবা:—

ঐ ইশামক


অহানবা থুংনম ১৯৮৭

কপি—৫০০

ফংফম— ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

ছাপা নম্ফম :—

থোংনাংথাবা প্রেস, খুরাই লমলোং কৈথেল ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

মনিপুরদা ফুটবলবু পাম্নবা লৌনবকপদগী ফুটবলগী খঙ দ্রবা য়াদ্রবা নিয়মশিং অসি মনিপুরী লোন্দা ইথোক্কনা মনিপুরগী শান্নববু পুক্নিং থৌগৎপিদুনা ভাবক ওইবিরিবা অমস্তং থরায় খুবাক্তা হাপ্নুনা অশেংবা লিচৎকী মখাদা শান্নজরিবা প্লেয়ারশিংদা খজিক্তং ওইরবস্ত লাইরিক অসিনা মতেং ওইগদ্রা খঞ্জবদগী লাইবিক অসি পুথোকচবনি। লাইরিক অসি নম্নবগীদমক্ত মনিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা লুপা ৮০০ গী মতেং পীবিবগী দমক্ত ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচরি। লাইরিক অসিদা য়াওবিব বনানগী মতাংদদি ইশাগী ওইবা বনান্দা ইজরে।

ফুটবলগী নিয়ম অসি অশুক্কী মতিক পাকচাওখ্রে. অতুম ওইনমক ৱাহং-পাওখুমগী মতাংদদি মরু মবওইব খরতমক খনগৎলগা ইথোকচবে। ফুটবলগী নিয়মশিং অসিদি লান্দনবা অঙম্মখৈ হোৎনজখি। কবিগুম্বা অশোইবা য়াওরম্লবস্তু অমং অহৈশিংনা তাকপিরকউ, মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগে।

মনিপুবগী শান্নরোই খুদিংমক ঈশ্বরনা ঙাক-শেনবিবা ওইসনু।

শ্রীয়ুমথাম ইবোমচা

# নিয়ম-সমায়

# LAW ONE
# FIELD OF THE PLAY

মরাক মমুং।

শাম্নবুং অদু Rectangular ওইগনি। শাম্নবুংগী অশাংবনা গজ ১৩০ (মিঃ ১২০) দগী হেন্দব অমস্তুং গজ ১০০ (মিঃ ৯০) দগী হেন্দব অমস্তুং গজ ৫০ (মিঃ ৪৫) দগী তাদনা পাক্কনি। (ইন্টর্নেসনেলগী দমক্তদি মিঃ ১১০ দগী হেন্দব অমস্তুং মিঃ ১০০ দগী তাদনা শাংগনি অমস্তুং মিঃ ৭৫ দগী হেন্দব মিঃ ৬৪ দগী তাদনা পাক্কনি)। হিরম খুদি মক্ক ময়ুংনা মরাক্কগী হেন্না শাংগনি।

২। ময়ি য়াৎপগী মওং।

ময়ি খুদিংমক ইঞ্চি ৫ দগী হেন্না পাক্তনা অকুৎ অতোং থমদনা ময়েক লানা লয়িশিং য়েক্কনি। মওং অশুম্না য়েকপ্লব ওংথৈগী লয়ি অশাংব অদুবু তচ্ছ লাইন অমস্তুং অতেনবা লয়িদুবুনা গোল লাইন কৌরে। মতোন তুমদব ফুট ৫ দগী তাদন য়াংব ফিরাল থাপ্লবা চৈখোক ১/১ শাম্নবুং অদুগী কাচিন খুদিংদা য়ুংগনি। অসিগুম্ব ফিরাল চৈখোক অসি কাক্করে লাইনগ তচ্ছ লাইন্দদগী য়ামদ্রবদ গজ অমা ফিল্ডদগী মপাল্লোমদা চংথাক্লগা নাকন অনিমক্তা

অমমম য়ুংগনি। ফিল্ডগী ময়াই চবুক ফাওনা হাফরে লাইনগী লয়ি য়েক্কনি ( তচ্ছ লাইন অনি শন্নবা )। ফিল্ডগী ময়াই চপ চাবা অদু ময়েক লানা থম্লগা গজ ১০ গী রেডিয়সতা ময়াই চবুক্কী শান্নব হৌফম অদু কোইশিন্না ময়েক লানা য়েক্কুনা থমগনি।

## ৩। গোল এরিয়া

ফিল্ড অদুগী গোল লাইন্দ গোল পোষ্টতগী গজ ৬ চৎ-থোক্লগা ফিল্ড মনুংদা রাইত-এঙ্গলদা গজ ৬ লাপ্লা লয়ি অনি চিংপোক্কুনা গোল লাইনগা মায়োক্নন লয়ি অমনা শমজিন্নহনদুনা য়েক্কনি। অশুম্না গোল লাইন য়াওনা য়েকশ্রব লয়িশিংনা কোইশিল্লিবা অহাংব মফম অদুবু গোল এরিয়া কৌই।

## ৪। পেনালটি এরিয়া

ফিল্ড অদুগী গোল লাইন্দ গোল পোষ্টতগী গজ ১৮ চৎথোক্লগা ফিল্ড মনুংদা রাইত-এঙ্গলদা গজ ১৮ লাপ্লা লয়ি অনি চিংপোক্কুদা গোল লাইনগা মায়োক্নবা লয়ি অমনা শমজিন্নহন্দুনা য়েক্কনি। অশুম্না গোল লাইন য়াওনা য়েকশ্রব লয়িশিংনা কোইশিল্লিব অহাংব মফম অদুবু পেনালটি এরিয়া কৌই। পেনালটি এরিয়া মনুংদা গোল লাইনগী ময়াই চবুক মক্কুদগী লয়িদি চিংদনা রাইত এঙ্গলদা গজ ১২ লাপ্লা ফিলড মনুংদা ওল্লগা ময়েক

লায়বা মার্ক অমা থমগনি। মসিগী মার্ক অসিবু পেনা-লটি মার্ক হায়বদি পেনালটি কাওফম্ব কৌই। পেনালটি কিককি মার্ক অদুদগী গজ ১০গী রেদিয়সতা পেনালটি এরিয়াগী বাহমদ (ফিল্ড মনুংদা) আর্ক অমা কোইনা গোল লাইনগ মায়োক্নরিবা পেনালটি এরিয়াগী লমি শোকনা য়েককনি (মসি পেনালটি এরিয়াগী মনুং চনদে)।

৫। কোর্নর এরিয়া।

ফিল্ডকী কাচিন মরিদ য়ুংলিবা ফিরাল চৈশোক্তগী ফিলড মনুংদা সার্কল ১গী শরুক ৪গী রেদিয়সং য়েককনা থমগনি।

৬। গোল পোষ্ট।

গোল অসি গোল লাইনগী ময়াই মক্তদা গজ ৮ লাপ্না কোর্নর ফ্লেগ পোষ্ট অনিগী লাপ্পা মনুনদা, মথক্তলোনদা বার-থঙ্গন পোষ্ট অনি যুগনি। পোষ্ট অনি অদু লোইকনলোমদা লৈমায়দগী ফুট ৮ ৮গী হেন্দনা অমস্তং থাদনা পোষ্ট অনি অদু বর অমন শমাজন্নহনগনি। ক্রসবার অমস্তং গোল পোষ্টশিংগী লমপা অমস্তং থাবা অদু ইংচ ৫ (সেঃ মিঃ ১২) দগী হেনবলাই লোইননা গোল পোষ্ট অমস্তং ক্রস-বারশিং পাকপা চ উবা চপ মান্নহনগনি। পোষ্টকী মনিং-লোমদা ক্রসবার অমস্তং গোল পোষ্ট য়াওনা লৈমায়গা শম্ননা নেৎ হাপ্পা য়াই। হপ্পা তরবদি মওং মরিক চুম্না হাপকনি। মসিনা গোলকিপরগী মরাং কাইনা অমস্তুং মনিংতম্না লৈজনবা মফম পীগনি।

১। ইন্টর্নেসনেলগী ওইবা মশামনা শান্নব মেচকী ফিলডগী মরাক ময়ুক মিঃ ১১০ X মিঃ ৭৫ ওইগনি অদুগা তারবদা মিঃ ১০০ X মি ৬৪ ওইগনি।

২। নেসনেল এসে সিয়েসনশিংনা মসিগী মরাকময়ুং অসি ভাক্কা চৎকদোবনি। নেসনেল এসোসিয়েসন অমনা শিল্লংদুনা ইন্টর্নেসনেল মেচ অমা শান্নবা তারবদি শান্নব লাকইব এসোসিয়েসন অদুদা শান্নদ্রিবৈভগী মমাঙদা ফিলডগী মরাক ময়ুং খঙজনগদোবনি।

৩। মথাদা পীরবা তেবল অসি বোর্দনা য়রেঃ—

| | |
|---|---|
| গজ ১৫০ = মিঃ ১৪৫ | গজ ৯০ = মিঃ ৮০ |
| গজ ১৪০ = মিঃ ১৩০ | গজ ৮০ = মিঃ ৭০ |
| গজ ১৩০ = মিঃ ১২০ | গজ ৭৫ = মিঃ ৬৪ |
| গজ ১২০ = মিঃ ১১০ | |
| গজ ১১০ = মিঃ ৯৫ | শটাক ১৪ = গ্রাম ৩৯৬ |
| গজ ১০০ = মিঃ ৯০ | „ ১৬ = „ ৪৫৩ |

৪। গোল লাইনগী মায় অদু গোল পোস্ত অমসুং ক্রোস-বারগী অপাকপা অদুগা চাউব চপ মানবা য়েক্কনি। অদুনা গোল পোস্ত অদু গোল লাইনগী মপান অমসুং মনুংগী লয়িদা তানগনি।

৫। গোল লাইন্দগী য়েকলিবা গোল এরিয়া অমসুং পেনালটি এরিয়া অদু গোল লাইন্দা ওনব মতমদ. গোল পোস্তকী

মওংদা শেমজিন্দ্রিব ফ'ওব নত্রগা অতোপপা অমং শিন্দবদি শান্নবা অদু পুমক্কে তোকহনগনি । থোরিনা ক্রোস-বারগী মফুং শিনবা কায়বা অসি মতিক চারে কায়না লৌরোই ।

মথক্ত পনখ্রিব মওং অসি শান্নরিবগী মসুংদা থোরকলবদি শান্নবা অদু লেপহনখিবা মফমদগী বল অদু Referee না drop তৌরগা শান্নবা অমুক হংথহনগনি ।

৮। শান্নগদৌরবা ফিলড অদুগী অকংব শকক অদু লয়িশিং অদুগী অপাকপা শকক অদু ফ'ওবা চনগনি ।

৯। National Association শিংনা লো One না পাগ্রবা হেনফদ্রবা অমসুং তাফদ্রবা ক্রেসবার অমসুং গোল পো-স্তকী মরাক ময়ুংশিং অসি থোইদোকপা চান্নগদৌব মওংদা শেমদোক শেমজিন তৌব য়াই ।

১০। International Football Association Board না মতম মতমগী য়ান্নবকপা পোংশক অমদি উ নত্রগা য়োংনা শাবা গোলপোস্ত অমসুং ক্রেসবর ওগনি । মখোয়শিং অসিগী মওংদি square, rectangular, round, half round নত্রগা য়েকপ মওংদ শাগনি গোল পোস্ত অমসুং ক্রোসবার অসি কায়খ্রিবা মওংসিদা নত্তব অতো-পপা মওংদা শাবা য়ারোই ।

১১। National Association শিংনা International Match

তা ফোটো নমবা গীগুই মশিং য়াগনা চংহললোইদোবনি। কোর্নর ফ্লেগ পোষ্ট ময়াদা মিঃ ২, গোল লাইন্দনা মিঃ ৩৫ অমসুং গোল পোষ্ট মনিংদগী মিঃ ৬ কী অরা-প্পদা ফোটোগ্রাফর লাইন লায়না থমজনা মসিগী মনুং-চংবা থিংগনি। অদুগা খুংশেংগী মৈঙাল শিজিন্নদুনা কায়বদি flashlight তোইনা শিজিন্নদুনা ফোটো নমবা থিংগনি।

Advice to Referees.

শান্নবা হৌদ্রিবৈগী মমাংদা শান্নবদা চংদব য়াম্রব মপোক-মচ খুদিংমক নিয়ম চুমনা লৈরবরা য়েংশিল্লু। নোংজু মুংশা ফত্রবনবু গুইরবসু নত্রগা শিন লাংলিবা কাঙবুনা চেকশিনদবদগীবু গুইরবসু শান্নফম অদু শান্নরোইশিংদা শোক পনবা য়াবগী থিবম লৈরবদি শান্নবা অদু চৎথংন্নবা কায়-রকপদা য়াংগনু। ফিলড মনুংদা অমসুং মপান্দা য়েকলিব লায়শিং অদু মগুং চানা য়েকলমদ্রবদি শান্নবা হৌদ্রিবৈগী মমাংদা শেমফিল শাজিলকল্লু। Flag post শিং অদো ফুট ৫গী কানা য়াদে হায়ব খঙজিনল্লু; ফুট ৫দগী তারবাদ শান্নরোইশিংদা শোকপা য়াবগী মগুং লৈ।

থোনাকাক-থোকচিন য়াদবা পোৎ নত্তুনা ইঞ্চি tape নত্রগা থৌরিজুম্বনা cross-bar গী মজুৎ শিন্দুনা শান্নবা চৎথহনগনু Goal post অমসুং cross-bar অঙৌবা মচু

ভৈশিনগদৌবনি। মেচ খুদিংগী শান্নবা হৌদ্রিভৈদা Net অদু মওং মরিন চুমনা অহোবা লৈতনা ফাজিল্লত্রা য়েংউ।

Advice to Secretaries.

শান্নরোইশিংনা কোর্নর কাওব মতমদা কোমনা অমসুং মনিংতমনা কাওজব ভুমনবগীদমক Touch line অমসুং শম্বল অনিগী মরক্ত মরং কাইনা অগাংব মফং থংগদৌবনি। ময়ামগী চৎনরিবা ফিলডগী পাক চাউবদি মিঃ ১১০ X মিঃ ৭৫ নি, অদুবু Competition তগী নিয়মশিং অদু শান্নবা য়াওরিবা তিগশিংদা থভোকনগদৌবনি।

শিল্লি লাংলিবা চৎ অসিগী ফিলডগী চংগ যদ্রবা মচাক ময়মডুগী দায়িত্বনি। কবিগুস্ব দবকার ওইরকপদগী লয়িশিং তায়বদি goal lines, penalty areas, goal areas শিং অদু শান্নবা কপ্পগী পাংথাকিবা থমুক্ত ভন্না য়েকুনবগী মতম লৈরবদি য়েকশিনখনগদৌবনি।

ফিরালাংশং অদু অরাবা পুশা মডাংগী মচু শিজিন্নগদৌবনি। Goal area অমসুং Penalty area গী measurement তৌবা মতমদা goal post কী মমং থংবা শরুকগী ওনগদৌবনি।

Goalpost অমসুং crossbar শিং অদু তত্তৌবা মচু তৈগদৌবনি। ফিল্ড দা লয়িং য়ৎপ অমসুং য়েকপা মতমদা মখাদা পাল্লিবা দরকার ওইব নিয়মশিং অসি

ঙাকন চৎকদোবনি।

(ক) লম্ন য়েকপদা শিজিন্নগদোরিবা মচাকশিং অদু শোকলোই-নারে ইদোবা পোৎশিং শিজিন্নগনি হায়বদি অকনবা মতুম মতুম য়াওবা শুম্নু নত্তগা থাউ রাওব নান-নান লাওব পোৎ শিজিন্ন-রে ই

(খ) লৈমায় মথক্তা পিনগৎতুন অংসুং ওঠন্দুন থম্লোই,

(গ) অহোবা নত্রগা মাচক নাইনা তোথোক্নুনা থম্লোই.

(ঘ) লৈমাই অদুগী ফিভম য়েংলগা লাইনা উব কংগদোবা মচুনা লম্ন অদু য়েককনি,

(ঙ) লম্নশিং অদু তোংলারেইদোব অমসুং মুৎলারোইদোবা মওংদা থমগনি।

A vice to Players

Football গী নিয়ম মুম্না থঙজিন্ন। নিয়মশিং অসি মুম্না থঙলবদি নহাক শোইদনা অফবা শান্নরোই অমা ওইগনি অমসুং শান্নবা অদুদা নংগী সুংঙাইজবা ফংগনি। শান্নরোই থুদিংমক্তা নিয়ম অমসুং Referee গী তৌবা ওয়া শক্তিশিং অদু মুম্না থঙলবদি শান্নবদা থৎনচৈনবা শুকথোক থোকলোই। শান্নরোইশিংনা নিয়ম থঙত্রবদি Referee দগী warning ( caution ) তোইনা ফংবগী মচাক লৈ।

# LAW TWO

## ( Ball )

বল অদু মকোয় মান্নবা কোইবা মতুম ত্তাবা ওইগনি ; বল অদুগী মথক থংবা য়োমশিল্লিবা কুয়োম অদু শউম্ন নত্রগা F. Association না য়ারবা পোৎশক্কা শাবা ওইগনি। শ'ম্ন-য়োইশিংদা শোক-পনবা য়াবা পোৎশক্কা শারোইদৌবনি।

বল অদুগী চাউবগী চাংদি বল অদুবু কোল্লিবা শকক অদু ইঞ্চি ২৮ দগী হেন্দনা অমস্তুং ইঞ্চি ২৭ তগী তাদনা চাউগনি বল অদুগী অরুম্বা শরুক্কা শান্নবা কৌরমদাইদা ছটাক ১৬ তগী হেন্দবা অমস্তুং ছটাক ১৪ দগী তাদনা লুমগনি। মস্তুংগী মুংশিৎ করবগী চাংনা (0·6 to 0·7 atmosphere মান্নবদি 9·0 to 10·5 lb/Sq.in = 600gr-700gr.) $1m^2$

### International Board Decisions

১। শান্নফমদা পুরক্লবা বল অদু শিল্লি লাংলিবা Club নত্রগা Association অদুগী মপোৎনি হায়না লৌগনি। শান্নবা লোইরবা মতুংদা Referee দা বল অদু পীশিনগনি।

২। মতম মতমগী মতুংইন্না বল অদু করম্বা পোৎশক্কা শাবা য়াবগে হায়রব অদু International Board না লেপকনি। মান্নবে হায়বা পোৎশক অদু International Board না অয়াবা য়াবোল পীগনি।

৩। Law না য়াথ্রব' বল অদুগী অরুম্বগী মাম্নবা অদু মথ'গী অসি Board না য়ারে।

ছটাক ১৪দগী ১৬=গ্রাম ৩৯৬ ডগী ৪৫৩।

৪। শ'ম্ন'রি'ডগী মসু'দা বল অদু পে'খায়রক্লবা নত্রগা মসু'গী সু'শিং হা'খিদুনা মঙ' মখিন ক য়রক্লবদি থূদক অদুমক্তদ শাম্নব অদু লপ্ণনগনি, অনৌব' বল অমা শিন্নগা বল অদুনা য়াখিত্রিব মকম অদুদা Referee না drop তৌরগ' শাম্নব' অমুক হৌগনি।

৫। মথক্রী ঘটনা অসি বল অদুনা লেপলি'উ হায়বদি place-kick, goal-kick, corner-kick, free-kicks, penalty kick অমসুং throw-in ওইরমদাইদা থোরক্লবদি অনৌবা বল অমা শিল্লগা তৌকম থোকপা মতুং ইন্না শাম্নবা অদু চখহনগনি।

Advice to Secretaries

Home Club না বল পীগদৌবনি। সুংশিং মতিক চানা হাল্লবরা য়েংশিনগদৌবনি। অহেনবা বল মরাং কাইনা থমজিন-গদৌবনি।

# LAW THREE

## Number of Players

১। Football Match অমদা Team অনি ৫·ই। নকল খুদিং·গী শান্নরোই মশিং ১১ দগী হেন্দনা শান্নগনি, মখোয়শিং অসিগী মনুংদা অমদি goalkeeper ওইগনি।

২। শান্নবা খুদিংদা Competition গী নিয়ম মখাদা শান্নরোই শিনবা য়াই, অদুবু মখাগী নিয়ম মখাদা শিনগনি ;

(ক) International নত্রগা National Association শিংগী authority না য়াবা ;

(খ) Paragraph (গ) দা শান্নরোই শিনবগী মশিং অকক্কবা অমা হৈবনা Competition গী rule না করম্ব অমম্ব মশিং কয়া শিনবা য়াবগে হায়বা অদু শিন্নমদাইগী মতমদা খঙহনগনি।

(গ) Match অমদা নাকল অমগী শান্নরোই মশিং অনিদগী হেন্না শিনজোকপা য়াবগী নিয়ম থমদে।

৩। শান্নরোই শিনবা হায়বা অসি Match অমদা হেক্তা শিনবা য়ারে। করিগুম্বা Team অনিমক্তা য়ানরবদি Match অমদা শান্নরোই মঙা (৫) ফাওবা শিনবা য়াই অদুম ওইনমক য়ান্নবা অদুগী মও· অদু Referee দা শান্নদ্রিঙৈগী মমাংদা খঙহনহৌগদৌবনি, Te m অনিমক্কু মী ৫ (মঙা) শিনবগী মতাংদা য়ান্নদ্রবদি শান্নরোই অনিদগী হেন্না শিনবা য়ারোই।

৪। শান্নরোই অমনা হেক্ক goalkeeper শিনবা য়াই অদুবু শিন্নখোকলমন্নাইগী মমাংদা referee দা খংহনলগদবনি। মসি-মক শান্নব লেপলিঙৈ মতমদতমক শিন্নখ্রনি।

৫। goalkeeper ওন্নগ শান্নরোই অমা অতৈ পগা শান্নরোই অমনা মতুং শিনবা তাৱরবদি মখাগী নিয়মশিং অসি তাক্না চংকদৌরবনি।

(ক) শিন্নখাকত্রিঙৈগী মমাংদা শিনগদৌরিবা শান্নরোই অদু referee দা খঙহন্নরনি;

(খ) শিনদে ক্রিব শান্নরোই অদুনা field দগী মথান থোক-ত্রিবা ফাওবা মতুং শিন্নকলিবা শান্নরোই অদু field মনুংদা চংবা য়াৱরোই, referee দগী য়াবা হায়রব ইঙ্গিৎ ফংলবা মতমদতা চংগনি।

(গ) শিন্নকলিবা শান্নরোই অদু শান্নবা লেপলবা মতমদতা half way line দগী চংগনি।

Punishment

(ক) Paragraph (৪) শুববু শিংননা শান্নরোই অমনা লাননা চংলকলবস্তা শান্নব অদু লেপহনলোই, বল অদুনা শান্নবা হেক লেপলকপা খুদক অদুমক্তদা মরিদৈনবা শান্নরোই অদু caution তৌগনি।

(খ) করিগুম্বা referee না warning তৌনবগীদমক শান্নবা অদু লেপহল্লুরবদি শান্নবা অদু মায়োকনবা team অদুদা বল

অহুবু লেপহনখিবা মকম অহুদগী Indirect-free-kick অমা পীরগা শাম্নবা মথা অমুক চৎথহনগনি ।

## International Board Decisions

১। Team অমগী ভাড়ব শা'ম্নরোইগী মশিং National Association গী শক্তিগী মথাদা শিম্নথোক্লে।

২। Board কী মতু' ইম্নদি team অমদা ( goalkeeper য়াওনা ) শাম্নরোই মশিং ৭ ( তরেৎ ) তগী তারবদি match অহু শাম্নহল্লোই ।

৩। করিগুম্বা competition অমদা শাম্নরোই মশিং ৫ ফাওবা শিনবা য়াম্নরবদি শ'ম্নবা হৌজিক্তগী মমাংদা referee দা থঙহনগদোবনি অহুগা করিগুম্বা শাম্নরোই শিনবগী list তা মঙাদগী হেম্না শাম্নরোই মমিং পীরকলবদি শিনগদোবা শাম্নরোই মঙা অহু খল্লোক্তুনা থমগনি।

৪। শাম্নবা হৌজিক্তগী মমাংদা শাম্নবা য়াওব য়ারোই হাম্ন-না তাম্থোকপ্রবদি শিনগদোবা শাম্নরোইশিংগী মমুংদগী অমনা শিনবা য়াই অহুম ওইনমক শিনগদৌরিবা শাম্নরোই মা অহুনা মাগী team দা য়াওনব চংলকপা ঙাইদুনা kick-off থোংথহল্লোই।

শাম্নবা হৌপ্রব মতুংদা শাম্নরোই অমা তাম্থোক্তুনা শাম্নবা য়াওহনখিপ্রবদি মাগী মহুত্তা অতোপ্পা শাম্নরোই শিনবা য়াদে। শাম্নরোই শিনবগী list তা য়াওরবা মিং অমা শাম্নজিক্তৈ নত্রগা

শান্নবা হৌরক্লব মতুং'দ শান্নবা য়াওব য়াবোট থাম্মনা ভাম্থোকপ্রবা শান্নরোই অদুগী মহুত্তা অ:তোপ্প শান্নরোই অমা শিনবস্থ য়াদে (মসি law ১২ গ মরি লৈনে, law ৪ দদি চৎনরোই)।

৫। শিন্নথোকপ্রবা শান্নরোই অমনা অমুক হনন। চংদুনা মখাত'ন শান্নব য়াওবা য়ারোট।

৬। শিনগদৌরিবা শারোই অদু শান্নরোই অমা ওইনা শান্নবা য়াওহনগে নত্রগা য়াওহনলোই হায়ব অদু referee গী শক্তি অমস্ত' তোব ভুয়গী ভুবথৈগী মখা পোন্না লৈগনি। শিন-গদৌরিবা শান্নরোই অমনা field মমুং'দা মরান পীবা য়াবা মর ন অমা তৌরক্লবদি শান্নবা য়াওদ্রবস্ত শান্নবা য়াওরিব' শান্নরোইশিং'দা পীবা য়াবা মরান অদুগা চপ মান্নবা দণ্ড পিগনি।

## Advice to Referees

শান্নবা হৌরমর্দাইগী মতমদা কনানা goalkeeper ওইরিবগে খঙজিল্লু। নংঙোন্দা খঙহনলক্তিব ফাওব কনাগুম্বা শান্নরোই অমনা goalkeeper দা ফংহনলিবা অমস্তুং পীরিবা খুদোংচাবা ময়ামশিং অদো কনাগুম্বা অতোপ্পা শান্নরোই অমতদা পীগনু।

## Advice to Secretaries

Football Association না মখোয় মখোয়গী শান্নরোই-শিংনা চৎলিবা অমস্তুং তৌরিবা লিচৎ-শাজৎকী দায়িত্ব পায়রে খনগনি।

করিগুম্বা ওমলবদি শাম্নরোইশিং অমম্তুং official শিংভগী ওইবা লম্বী অমা কিশেৎকম কাদগীনা field কা ৬ৎ থম্বা হৈ

**Advice to Players**

শাম্নরিবৈভগী মম্তুংদা goalkeeper শিনগে থরবদি শিন্নথোক-ত্রিবৈভগী মমাংদ, referee দা থওহলম্মু।

# LAW FOUR

## Players' Equipment

শাম্নরোই অমতনা অতোপ্পা শাম্নরোইশিংদা শোকপনবা য়াবা কিভেৎ নত্রগা পোৎ অমতা শিজিন্নবা য়াদে।

খোংওউপ (footwear) অদু মথাদা হায়রিবা মওংশিদা শিজিন্নগনি :—

(ক) খোংওউপকী মথক (bar) অদু অনোপ অভিং য়াবা থমম্তুং অনানব শউন নত্রগা য়বয়না শাগনি। অদুগা খুগাগী শরুক্তা পাকপা মাম্নবা চিথেকশিং অদু কোইরপ কোইহনগনি।

(খ) খুগাদা ভোংথোক্লিবা stud শিং অদু শেমদোক শেমজিন য়াবা শউম, রবর, এল্মুমিনিয়ম. প্লাষ্টিক নত্রগা মাম্নবা পোৎনা শাগনি। অমম্তুং অকনবা পোৎশকম্তু ওইহনগান। অসিগুম্বা পোৎশক্লা শাপ্রবা studশিং অদু খুগাদগী ইঞ্চি ১গী শরুক ১/৪ দগী

হেনন শাংবকগী অদুগা চাউবগী শককনা ইঞ্চি মখায় অমদগী ভাপনা কোইরনগনি অমসুং মতিক চুমদনা অমসুং কোইনা (round) মতোন পংনা থমগনি। Stud শিং অদুনা চুমশিনলক-লবা মতমদ stud কী শকক অদু ইঞ্চি মখায় অমদগী ভানা পাকনা থমবা য়াদে। করিগুম্বা থাগুন শাবা পোৎশকনা Screw শি-ঞ্জিন্নবা তাররবদি Screw অদু থুগা মখাদা চশিন্দুনা Stud কী শকক অম ওইনা থমগনি। থগুন শাবা Screw শিঞ্জিন্নদুনা Stud কী শকক অমা ওইনা থমগে। মথেৎ উপকী মথক থংবা শকক অদু চবর নত্রগা শউননা কুপ্পু মথাগী থুগা অদু য়েং মপাক ঙপুন শিঞ্জিন্নব য়াদে।

(গ) Law অসিগী মতুংদা পীরিব চংব্রব য়াত্রবা দরকার ওই-বব পোৎশিং অসিগ মেখৈনন শাবা bar অমসুং Stud য়াওবা খোংচুপ শন্নবা হাইশিংনা শিঞ্জিন্নগনি।

*Goalkeeper* না শেৎলি চাবিবা ফিজেৎকী মচুদি *Referee* অমসুং অতৈ শান্নবোইশিংন শেৎলিবা ফিজোলগী মচুদগী পুমতোপ তোপপা মচুগী ফিজোল শেৎ-চাগনি।

Punishment

নিয়ম অসিগী ব্রাংমদা কনাগুম্বা শান্নরোই অমনা শেৎ-চারবদি মখাক্কী ফিজেৎ অদু নিয়মগী চুমনা শেৎ চাকনবা মহাকপু শান্নফমদগী ভাপ্পোক্না শান্নবা য়াওহল্লোই। শেমজিন শাজিনল্লবস্থু নিয়মগী মখাদা ওইরবরা হায়রবা য়েংগদৌরিবা Referee অদুদা

খঙহনলমদনা মহাক অদুন' শান্নবা অদুদা চংদুনা শান্নবা য়াওবা য়ারোই। শান্নবা অদুনা লেপলবা মতমদতদা মহাক অমুক হন্না চংদুনা শান্নবা অদুদা য়াওবা য়াই।

## International Board Decisions

১। মহৌশাগী ওইবা শান্নরোইশিংগী ফিজেৎ অমসুং পোৎ চংদি খোঙগ্রাও, খোঙউপ, ফুরিৎ অমসুং মোজানি। Competition গী নিয়মগী মতুংইন্না খোঙউপ শিজিন্নদবা য়'রবসু ফুরিৎ, খোঙগ্রাও, নত্রগা মান্নবা tracksuit শিজিন্নগনি।

২। খোঙউপ উপ্তবা য়াদে হায়বা নিয়মনা থমদে। অদুম ওইনমক Competition গী match শিংদা থরনা খোঙউপ উপ-লগা থর অমনা উপ্তনা শান্নবা অদু Referee না থিংগনি।

৩। International match, International Competition, Club Competition অমসুং Friendly match কী ওইবা মশান্না তোঙান তোঙানবা National Association শিংনা শান্নবা ভারবদি শান্নবা কৌব্রিটৈগী মথাংদা Referee না শান্নরোইশিংগী লেৎচারিবা অদু law 4 গী মথা পোল্লবরা য়েং-শিনগনি। করিগুম্বা law 4 গী য়াংমদা লেৎ-চারম্নবদি নিয়ম চুন্না লেৎ চারুনবা শান্নফমদগী তাম্থোক্নুনা শান্নবা য়াওহল্লোক।

League অমসুং Competition শিংদসু মসিগী নিয়মসি চপচানা চৎনহনগনি।

৪। Referee না কনাগুম্বা শায়রোই অমা নিয়মনা য়াদবা পোৎ চৈ শেৎচাদুনা অতোপ্পা শায়রোই অতৈদা শোক পনবা য়াবগী মওং থেংনরবদি মশাক্কী শেৎ-চারিবা অদু লৌথোকউ কায়গনি। করিগুম্বা মানা য়াদ্রবদি মহাকপু শায়বা অদুদা য়াওহললোই।

৫। কনাগুম্ব শায়রোই অমনা law 4 গী বাংমদা শেৎ-চাবদগী শায়বা য়াওবা য়ারোই নত্রগা শায়রিতৈদগী তাম্মোকপ্রবা শায়রোই অমনা শায়ব অদুদা অমুক হন্না শায়বা য়াওনবা চংবা তারবদি শায়বা লেপলবা মতমদা Referee দা চংলগে হায়বা খঙহনগনি, Referee না law 4 গী বাংমদা লৈত্রে হায়বা খঙজিবা মথৈ মহাক চংদুনা নত্রগা অমুক হন্ন চংদুনা শায়বা য়াওবা য়ারোই।

৬। কনাগুম্বা শায়রোই অমা law 4 গী মথাদা শায়বা য়াওবা য়ারোই নত্রগা য়াওরমবদগী (শায়রমবদগী) তাম্মোকপ্রবা শায়রোই অমনা Referee খঙহন্দনা শায়বা অদু য়াওননবা নত্রগা অমুক হন্না য়াওননবা চংলমলবদি law 12 কী মথাদা মহাকপু caution তৌগনি।

Referee না করিগুম্বা শায়রিতৈগী মমুংদা caution তৌননবা শায়বা অদু লেপহললুরবদি Refereeনা শায়বা লেপহনখিবা মতমদা মরাল লৈরবা শায়রোই অদুনা লৈরমলিবা মকম অদুদগী মায়োক্নবা Team দা Indirect-free-kick অমা কাওহললগা শায়বা অদু মথা চৎথহনগনি।

## Advice to Referees

করিগুম্বা শান্নরোইশিংগী খোঙউপ অমদি শেৎলি-চারিবা ফিরোলশিং অদু য়েংশিল্লু হায়রক্লবদি শান্নবা হৌদ্রিদৈঙ নত্রগা শান্নবা ভম্ব য়গী পেৎথারিদৈঙদা য়েংশিল্লু। করিগুম্বা নহাক্না চিংনবা য়াবা মচাক লৈরবদি শান্নবোইশিংগী খোঙউপনচিংবা পুম্নমক নংনা য়েংনিংবা মতমদা য়েংবা য়াই।

নিয়ম অসিগী ব্রাংমদা চৎলম্বগীদমক্ত নহাক্না ব্রাকৎলকপা ভাইবগী দরকার লৈতে, নহাকনা খঙলকপা মীকুপ্তা মরান পাফম খোকপা অদু হেক্তা পীযু মরান অদুগীদমক্তদি মরি লৈনবা authority দা ব্রাকৎপগী দরকারসু লৈতে।

## Advice to Secretaries

নহাক্কী club কী শান্নরোইশিংগী শেৎ-চাগদৌরিবা পুম্নমক নিয়মগী মখাদা শেৎ-চাহনগদোবনি হায়বা খঙজিল্লু নহাক্কী শান্নবাইশিংদা, নিয়মগী ব্রাংমদ শেমশাবা খোঙউপ বুট য়ম্ম য়োললে হায়বা খঙহনল্লু।

## Advice to players

নহাক্কী খোঙউপনচিংবা খুদিংমক নিয়মগা চান্নবা থমনবা হোৎনৌ. করিগুম্ব Referee না নহাক্কী শেৎ-চারিবা অদু নিয়মগী মখ পোন্দ্রে খঙদুনা শান্নবা য়াওহন্দনা ভাস্লোরকলবদি নহাক্কী তিমগীদা নংগী নথৌ অমসুং ওইজবা ভাকক্কী ওইনা মাঙই। অতোপপা শান্নরোইশিংনা শেৎ-চারিবা অদু

নংমা চিংনরবদি শান্নত্রিতৈগী মথাংদা নক্লপা ওথাইগী পোথাফিতৈদা Referee না য়েংশিনবিয়ু হায়য়ু। মহাক্না বুটকী খুগাগী stud শিং অদু নিংথিনা পৈমখিদ্রুনা থমগদবনি; করিগুম্বা stud শিং অদু কায়বা তোইবা য়াওরবদি য়োৎপীশিং অদু যুক্তোকউ, মসি Law 4 গী মায়োক্নবনি।

# LAW FIVE

## Referees

শান্নরিবা game অদুবু য়েংশিন্নবা referee অমা থনগনি। মহাক্না ফিল্ড মনুংদা হেক চংলকপগা game গী law না মহাক্না তৌবা ওম্ব শক্তিশিং অদু শিজিন্নবা শিন্নখোকলে।

মহাক্না মরান শিবগী শক্তি শিজিন্নদুনা মরান (দণ্ডি) পীরকপা মতমদা শান্নবা অদু ওহাক ওহাক্না ওইনা লেপকনি মক্রগা বল অদুনা out of play ওইরবা মতমদসু লেপকনি। শান্নরিবা game অদুগী অতোপপা কল অমা লাক্তিব কাওবা শান্নবা অদুগা মরিলৈনবা পীগ্রবা য়ারেপ অদুনা অয়োইবনি।

মহাক মশামকনা:—

(ক) Game গী Law শিংবু চৎনহনগনি,

(খ) মরানশিবা য়ারবস্তু মরানশিবা অদুদগী হেনবা খুদোংচাবা ফংগদৌবা লৈরবদি মরান শিদনা খুদোংচাবা অদু তকশিনলিবা ঢিমদা পীখোকনি।

(গ) Game অদুগী খোঙোক বাখোক খুদিংমক ইশিনগদৌবনি ; মতম শেন্নবা অমা ওইনা য়াম্নখিবা মতম নত্রগা চপচাবা মতম অদুদা বাখোক লাম্থোকপদা নত্রগা করিগুম্বা মরম অমদা মাঙথ্রিবা মতম অদু হাপচিন্নগা শান্নহনগদৌবনি ।

(ঘ) Game গী law শিংবু শিংনরক্লবা মতমদা শান্নবা অদু লেপহননবগী তোপ-তোপ্পা শক্তি লৈপনি। হিরম অমদগীবু ওইরবস্ত নত্রগা ভাবকনা শান্নবা অদুদা মরক থৎলকপা মতমদা শান্নবা অদু তোকহনবা দরকার ওইরে হায়না বিংলবা মতমদা শান্নবা অদু গুহাক লেপহনবা নত্রগা পূমতোক তোকহনবগী শক্তি শিজিন্নগনি ।

(ঙ) ফিল্ড মন্নুংদা হেক চংবা কনাগুম্বা শান্নরোই অমনা অয়ানবা শাৎকে নত্রগা লৈপাকমচা ভাদবগী লমচৎ চৎলকলবা মতমদা caution তৌগদৌবনি, করিগুম্বা শান্নরোই অদুনা মথাভানা হায়বা ইন্দ্রবদি শান্নবা অদুদা মহাকপু মথাভানা শান্নবা য়াওহল্লোইদৌবনি। অসিগুম্বা ঘটনা অসি থোরক্লবা মতমদা শক্তি পায়রবা কাঙবুদা য়ান্নথ্রবা মতমগী মন্নুংদা (ইংলণ্ডদদি গুমিৎ নিনিগী মতম পী ছুটি অমম্তুং নোংমাইজিং থাদে) competition গী নিয়মগী মতুং ইন্না অয়িবা চেনা বাকৎহৌগদবনি। য়ান্নথ্রবা মতমগী মতুংদা বাকৎ অদু কংলবম্ত অদুম চৎনগনি।

(চ) মহাকী অয়াবা য়াওদনা linesmen অমম্তুং শান্নরোইশিং নত্তনা ফিল্ড মন্নুংদা চংহল্লোই ।

(ছ) মংগী ৱাখলদা কনাগুম্বা শাম্নরোই অমা থীনা শোকলে থম্নবদি শাম্নরিবা অদু থূদকা লেপহল্লু, ঙমলিবমখৈ য়াম্না থুনা অশোকপা অদু ফিল্ডগী মপান্দা পুথোকহনখো ; অদুগা থূদক্তা শামবা অদু মথা চৎথহল্লু। কনাগুম্বা শাম্নরোই অমা থজিক থম্নাক শোকপগীদমক্তা শাম্নবা অদু বল অদুনা out of play ওইহল্লিবা কাওবা লেপহনগনু। কম্বিগুম্বা শোক্লিবা শাম্নরোই অদুনা Touch line নত্রগা Goal line গী মপান্দা থোকচবা গুবগী পাজল লৈরবদি ফিল্ড মনুংদা শোকলিবা অদুবু লেবা ভোৎহনগনু।

(জ) কনাগুম্বা শাম্নরোই অমনা ভমথীবা শাজৎ. শাথীনা শোকপা য়াবা মশাম্না, চৈ-থাংবা নত্রগা মীয়াম তিনবদা শিজিন্নবা য়াদবা য়াঙাং শিজিন্নরক্লবদি শাম্নকমদগী ভাম্খোক্নবা শাম্নবা য়াওহল্লোই।

(ঝ) শাম্নবা লেপলুবা থূদিংমকী অমুক শাম্নবা হৌননবা ইজিৎ পীগনি।

(ঞ) Match অমগীদমক্তা শাম্ননবা, শাম্মৌ হায়না পীবক্লবা বল অদু law 2 গী মথা পোল্লবরা য়েংগনি।

## International Board Decisions

১। International Match ভদি Referee শিং অমি নাকন অনিমকী শাম্নরোই শিংনা শেৎলি চারিবা ফিজোলগী মচুদগী তোপ তোম্না মচুগী কুম্নিৎ থোঙগ্রাও শেৎকনি।

২। International Match ভদি শামগদৌরিবা নৈপাক অনিগী টিমনা খল্লবা referee অদু যাম্নব্রবদি neutral ওইবা নৈপাকী official list ভগী খনগনি।

৩। ওইগদৌরিবা referee অদু International referee গী লিষ্টতা য়াওরবা মীওইদগী খনগনি। Youth International Match নত্রগা Ametcur ভদি দরকার ওইদে।

৪। ভাবকশিংনা, শামরোইশিংনা নত্রগা official শিংনা নত্রগা শানগদৌরিবা শামরোইশিংনা নত্রগা মীওই অমনা শামরিবা ফিল্ড মনুংদা নত্রগা মপান্দ শামরিডৈগী মনুংদা নত্রগা শামবা লোয়রবা মতুংদা referee দা অরানবা শাজৎ নত্রগা চৎনদবা য়াওাং শাওাং শিজিন্নদুনা চৈ থাংনবদি মরি লৈনবা authority না মথোয়শিং অদুগী মথক্তা মতিক চাবা এক্সন লৌথৎপা ঙমনবগীদমক্তা শক্তি পায়বা কাঙবুদা থঙহনহৌগনি।

৫। Linesmen শিংদি referee গী মতেং পাংবা ঙাক্কনি। Referee অদুগী লৈরিব ফিভম অদুনা ঘটনা অমগী চপচাবা খল্লবা অমম্নং উজবা ঙম্নগী মতাং থোক্লবদি linesman না মরক থৎলকপা অদু লৌরোই। মসিগী অতোপ্পা অমনা linesman না neutral ওইরবদি মহাক্না পীরক্লিবা ইঙ্গিৎ অদু লৌগনি, লৌরবদি goal চঙ্গিডৈগী মমাংদা linesman গী ইঙ্গিৎ অদু লৌগনি। Referee না নংহৌদদুনা goal চনব্রবস্‌, goal অদু referee না ক্লকথৎকনি।

Game অদু অমুক চৎথরিবা কাওবগী মনুংদা হান্দা পীথোক-প্রবা referee গী বারেপ অদু মান। ককথৎপ যাই।

৭। করিগুম্বা referee না advantage পীগে থননা পী-খিবদগী শাম্নবা অদু চৎথরে অদুবু advantage অদু শাম্নরোই অদুনা কংতবা ওয়েহৌরে হায়দুনস্ত referee গী হ মরী বারেপ হায়-বদি advantage পীখিবা অদু ককথৎপা যাদে, শাম্নরোই অদুনা কংজংহৌরবস্তু নংঙোন্দা advantage. পীরে হায়বা অদুদি হক-চাংগী ইঙ্গিৎ অমনা মঙোন্দা থঙহনগনি। মসিমক্তা ময়াম লৈরবা শাম্নরোই অদুগী পীকম থোকপা দগি অদুদগী referee না পুমথা থাদোকপদি নত্তে. পীকম থে কপা দন্দি অদুদি শাম্নরোই অদুদা শাম্নবা লেপলবা মতংদ পীগনি।

৮। Game গী law শিংনদি যাবিবমথৈ থজিক থয়াক নিয়মগী বাংমদা চৎলক্লবস্তু শাম্নবা অদু তপথহন্দনা মথা চৎথবা পীমই; মসিগী মতাং অসিনা হায়বদি তৌগে থননা নিয়মবু শিংনরক্লবা মতমদতা ময়াম পীবা হায়বসে referee গী তৌজবা যাজবা মথৌনি। করিস্থ নত্তবা নত্রগা চিংনবা ময়াম অমগীদমক্তা whistle পংথোংদা থোংবা অসিনা শাম্নরোইশিংগী মকমদা শাও-রিংবা নত্রগা মুংঙাইতবা পোকহনবতা নত্তনা য়েংলিবা ভাবকশিংগী মুংক্লাইবা অদুস্থ মাঙহনলি।

৯। Law 5 কী para, (ঘ) গী মতুংইমা match অমবু পুমথোক্ তোকহনবা ওয়বগী.শক্তি referee দা-পীরে হায়দুনস্থ

লোইশিনখিজ্রিবা match অছু কনানা মায়পাকে নত্রগা মায়থীরে হায়বা অছুগী বায়েপ পীবগী শক্তি নত্রগা মথৌ লৈতে। [illegible]হিরম অসিদা ভদস্ত চৎথবা ওস্বা শক্তি পায়রবা কাওবুদা ওইগ্রিবা ঘটনা অছুগী মরমদা শুপায়না ইরগা খওহনগনি।

১০। কনাগুম্বা শায়রোই অমনা মতম অমতদা তোংঙান তোংঙানবা মওংগী নিয়মনা য়াদব মরান অনি অমুক্তা তৌরক্র-বদি থ্বায়দগী হেনবা লুম্বা পীকম থোকপা মরান অছুগী দন্দি অছু referee না শায়রোই অছুদা পীগনি।

১১। Neutral Linesmen না থোকগ্রিবা ঘটনাগা মরি লৈননা পীরকপা ইঙ্গিৎকী মখা পোয়া চৎপা অসি referee গী মথৌনি।

১২। শায়রিবৈঙগী মসুংদা অতে'প্পা মীওই অমতা ফিল্ড মসুংদা referee না চংহল্লোই, চংহনবা তারবস্থ মহাকনা ইঙ্গিৎ পীরগা চংহনগনি অমসুং ফিল্ডগী ওমথৈ ময়াদগী শায়রোইশিংবু তাকপী তম্বীহনবা য়াহললোই।

Advice to Referees

নহাকনা মথাগী নিয়মশিং অসি ওাক্লা match অমবু য়েং-শিনবা ওয়বদি শায়রোইশিং অমসুং ভাবক্তগী থাগৎ বাহৈ ফংবা ওমগনি।

(ক) ফুটবলগী নিয়ম কানুন মূমা পাগনি অমসুং খওগনি।

(খ) ৱা'রেপ পীবা খুদিংদা অচুম্বা অমসুং মীচঃ মীথা'ম্ব নাই-
নবা ৱারেপ পীগনি।

(গ) হকচাং ফনা লৈগনি অমসুং training তৌগনি। মরক মরক্তা শায়রোই অমনা তৌগে থমনা মতম মাঙহনবা য়াওই; মহ'ক অদু caution তৌ।

করিগুম্বা match অমা নোংজু মুংশাগী ফিভমদগী য়েথোকপা নত্রগা তোকখোকহনবা ভায়বদি মুম্না থম্বয়গা তোকহনগদৌবনি নত্রগা ঙশাকী য়ৈথোকদৌবনি।

শায়রোই অমা caution তৌবা মতমদা মহাক অদু caution তৌরবনি হায়বা খঙহনগদৌবনি অমসুং মহাকী মমিং খঙজিনগনি, করিগুম্বা মহাকনা অমুক হননা লৈবাক মচা তাদবা লমচৎ চৎলক-লবদি শায়ফমদগী তাম্থোক্তুনা শায়বা য়াওহনগনু। শায়রোই অমা caution তৌবগী নিয়ম মুম্না খঙজিল্লু। Game অদু শায়বা হৌজিনৈঙগী মমা-দা অমসুং ভখায়গী পোৎথাবা মতমদা নংগী ঘড়ীগী মতমগা linesmen গী ঘড়ীগী মতমগা চায়বরা য়েংঙু।

শায়রিবা game অদুগী থোদোক-বাথোকশিং অদু নত্তোমতগী বাথলনা নিংশিংজদুনা থমগনি থনগনু, চেজম অমদা হৌখিবা মতম, ভখায়গী মতম অমসুং লোইগদৌবা মতম অদু চ্যেকশিননা ইশিন্দুনা থমউ।

Team-Team না চননখিবা পাজন মশিং ইশিল্লু।

Paragraph (ছ) দা হায়খ্রিবশিং অসি য়াম্না চ্যেকশিন্না ঙাক্না চৎলু।

### Advice to Players

রেফেরীগী বারেপ্তা কৈদৌম্নুংদা হংলুগন্নু ; শাম্নম্নিবা অদুগ মরি-লৈনবা পীগ্রবা অচুম্বা বারেপশিং অদুনা অয়োইবনি । করিগী-গুম্বা-মরৈ য়েৎনব খোমজিনবদি মতম লৈবা খিবিক্তা referee-বু শৌগৎল্লু । Referee গী মফমদ fieldগী মপান্দগীবু ওইরবস্থ মম্নু দগীবু ওইরবস্থঅরানবা লৈচৎ চৎলুগন্নু মদু field গী মপান্দগীবু ওইরবস্থ ফিল্ড:মন্নুংদা ভৌবা মরানগা চপ মাম্নে । খ'জক শোকপগীদমক্ত referee গী পুক্নিং চিংশিললুগন্নু । নহাকনা খীনবু শোম্রবদি referee না শোইদনা নংঙোন্দা পুক্নিং থমলকনি ।

## LAW SIX

### Linesmen

Match খুদিংগী linesman অনি থনগনি, মখোয়গী মথৌদি ( referee গী বারেপ মতুংইন্না ) বলনা out of play ওইরে ভাকপা অমসুং করম্বা মাকনা corner kick goal kick অমসুং throw-in তৌকম খোকপগে হ.য়বস্ত ভাকনি । শ ম্নম্নিবা match অদু নিয়মগী মতুং ইন্না অশোয় অঙাম য়াওদনা শাম্ননবা referee বু মতেং পাংগনি । মতম থঙদনা শাম্নবা অদুদা মরক থৎলক্লবা নত্রগা অম্নানবা লমফিং linesman না পীয়ক্লবদি referee না ভঙাইকদনা মহাকী মথৌদগী লেপহনগনি অদুগা

অভোম্বা linesman অমা শিন্দোকনি (মসিগী মতাং অসি মরি লৈনবা authority দা অম্বিবা চেনা referee না থঙহনগনি)। Match অদুবু শিন্মি লাংলিবা club না linesmen গী linesmen's flag (ফিরান) পীগনি।

## International Board Decisions

১। নিয়মগী বাংম লাম্না শাম্নকপদা করিগুম্বা referee না উংৌত্রবগু neutral linesmen না referee গী পুক্লিং চিংশিন্‌লি শায়বদি ইস্নিৎনা থঙহনগনি। অদুম ওইনমক ঘটনা অদুগী ব রেপ পীবদি referee তনা পীগনি।

২। International Match শিংবদি neutral (match অদুদা শাম্নরিবা team অনিমক।) official referee শিংদগী থনগনি শায়বা অসি National Association শিংদা থঙহল্লি।

৩। International Match শিংদদি. linesmen গী ফিরান অসি মম্বেক লারবা অঙাংবা অমস্তুং কঙ্গাম মপাল মচুগী ফিরাল ওইগনি। অসিগুম্ব মচুগী ফিরাল অসি অতৈ match শিংদগু শিজিম্নবা যাহনৱে—

৪। Linesman অমা থবক্তগী পোৎথাহননবগী এক্সন লৌখৎপা অসি referee না মরম চাদনা মরক থৎলক্লে নত্রগা মতিকচাবা মতেং পীরক্লে অমস্তুং কংত্রে হায়বা report পীরক্লবা মতমদতা লৌখৎপা য়াই।

### Advice to Referees

Linesman নদি চয়েৎনবা ঘটনা থোরকপা য়াব থৌদোক অমা উবৌরে, অদুম ওইনমক referee নদি উবৌত্রে, অসিগুম্বা মতাংদা খুদক্তা referee গী মফমদা report পীয়ু।

## LAW SEVEN

### Duration of the Game

নাকন অনিমক্কী টিমশিংনা য়ায়হৌবা লৈত্রবদি game অমগী শাম্নগদৌবা মতম অসি মিনিট ৪৫ গী মাম্নব অনি থমগনি. মথাগী পল্লিবা অসিগী মথা পোম্না চৎকনি।

(ক) হিরম অমদগী নত্রগা থোদোক অমদগী শাম্নবিদৈদা মাঙখিবা মতমদু (তম্বায়গী শরুক অমদা (০ক্ত) হাপচিন্দুনা শম্ন গনি, মতম অশুক হাপকনি হায়বগী অয়েপ্পা referee গী শক্তিগী মথা পোল্লে।

(খ) তম্বায়গী নত্রগা লোইশিল্লকপগী মিকুপ্তা penalty কাওননবগীদমক্ত ; মতম লোইরবস্থ মতম অদু শাংদোকংনগনি।

Referee গী মৎ নত্রবদি তম্বায়গী পোৎথানবগী মতম অসি মিনিট ৫ দগী শুকহেন হেল্লেই।

### International Board Decisions

১। Competition গী নিয়মনা মতম লোইদনা শাম্নবা লেপখিবা মতমদা লৈনখিবা ফল অদু (result of stand) লৌগনি

তায়বা লৈত্রবদি, law 5 তা পনখ্রিবা ঘটনা অমনা শায়বা অদু referee না লেপহনখ্রবদি, মদু অমুক হন্না চপ চাবা মতম (৪৫-৫৪৫) পীদুনা শায়হনগনি।

২। শায়রোই খুদিংমক half-time দা মিনিট ৫ গী পোৎ-থাননবগী অধিকার লৈ।

## Advice to referees

Cup নত্রগা Competition না লেপপ্রবা শায়গদৌবা মতম অদু referee না ককশিনবা নত্রগা শাংদোকহনবগী শক্তি লৈতে। Normal period তি মিনিট ৯০ নি, শায়গদৌবা তিম থনিনা য়ায়রবদি শায়গদৌবা মতম অদু Competition গী নিয়ম্না তেনশিলহনবা য়াই ; অদুম ওইনমক মতম অদু চপমায়বা তথায় অপি দি লৈগনি।

## LAW EIGHT

### Start of the Game

শায়বা অদু হৌরমদাইদা, মায়কৈ খনবা নত্রগা কাওবা হৌ-বা অদু পৈশানা অরুপ অরোংবী তৌরগা খনগনি। অরুপপী অরোংবীদা মায়পাক্লবা টিমনা মায়কৈ খঙবা নত্রগা কাওবা হৌ-জবা অনিগী মরক্তা অপাম্বা অমা খঙবা য়াই।

Referee না শান্নবা হৌরো হায়ন। ইঙ্গিৎ পীরক্লবা মতমদা শান্নবা হৌগদৌরিবা শান্নরোই অদুন। খিন্দুনা লেংদনা থমলবা বল (field of play মন্নাই চপ চানা লেংদনা থমলবা বল) অদু মায়োক্লবা টিমগী ময়কৈদা কাওখৎলগা শান্নবা হৌগনি। Kick off (বল শান্নবা হৌবা) তৌদ্রিবা কাওবা শান্নরোই খুদিংমক মাগী মাগী ফিল্ডগী তঙ্খায়গী মনুংদা লৈগনি ; বল কাওবা হৌদ্রিবা কাওব মায়োক্লবা শান্নরোই খুদিংমক বলদগী য়ামদ্রবদা গজ ১০ গী অৱাপ্ন মফমদা লৈগনি ; বল অদুবু কোন্নিবা শকক্কী অরাপ্পা মফম অদু য়ৌনা বল অদুনা ওনশ্রবা (লেংশ্রবা) মতমদা বল অদু in play ওইরে লৌগনি। কনাগুম্বা অতোপ্পা (মশাগী নত্রগা মায়োক্লব) শান্নরোই অমনা বল অদু শোক্তিব্রা নত্রগা শান্নদ্রিবা মখৈ কাওবা হৌখ্রিবা শান্নরোই অদুনা অনিরকশুবা ওইনা শান্নকবা নত্রগা শোকলুবা য়ারোই।

(খ) পাঞ্জন অমা চনখ্রবা মতুংদা, মথক্কী নিয়ম অশুম্না পাঞ্জন পোরবা টিমনা শান্নবা অদু অমুক হৌগনি।

(গ) Half ওইরবা মতুংদা, নাকন (মায়ক) অমুক ওনথোক্লগনি, অহানবা হৌবদা কাওখিবা শান্নরোই অদুদগী মায়োক্লবা শান্নরোইনা অমুক kick-off তৌগনি।

Punishment

Kick-off তৌরিবা শান্নরোই অদু নত্তবা শান্নরোই অমন law 8 বু শিংনরক্লবদি kick-off অমুক তৌহনগনি, kick-off

ভৌরিবা শাম্নরোই অদুনা অতোপপা শাম্নরোই অমনা বল্ অদু শোক্তি ঙৈদনা মহাক্না অনিরকণুবা ওইনা শাম্নরুবগী মরানদি মায়োক্নবা টিমদা মামা বলদুবু শোকলুবা মকমদগী Indirect-free kick অমা কাওহনগনি।

শাম্নবা অদু গুনাকী ওইনা লেপহল্লুরবা মতুংদা; শাম্নবা অদু অমুক মথা চৎথহনবা তারবদি (law বু শিংনবদগী লেপহনখিব নত্তব; বল অদুনা touch লাইন নত্রগা গোল লাইনদগী লাম্থোকখিবস্থ নত্তব) referee না বল অদুবু লেপহনখিবা মফম অদুদা drop তৌরগা শাম্নবা মথা চৎথহনগনি, বল অদুনা লৈমায় হেক শোকপগ in-play ওইরে; অদুম ওইনমক referee না drop তৌবদ বল অদুনা লৈমায় শোক্তি ঙৈদনা touch line নত্রগা goal-line গী বাংমদা লাম্থোকপ্রবদি নত্রগা শাম্নরোই অমনা বল অদুবু শোকলুরবদি অমুক অমা drop তৌগনি। শাম্নরোই অমত্তা বল অদুনা লৈমায় শোক্তি ঙৈদনা বল অদু শোকপা য়ারোই।

## International Board Decisions

১। Referee না বল অদু drop তৌবদা বল অদুনা লৈমায় শোক্তি ঙৈদনা কনাগুম্বা শাম্নরোই অমনা নিয়ম্বু শিংনরক্লবদি caution তৌগনি; নত্রগা অহেনবা মরান ওইরগনা মরিলৈনবা শাম্নরোই অদু তাম্থোক্নুনা শাম্নবা য়াওহল্লোই; মহাক তাম্থোকখিবগীদমক মায়োক্নবা টিমদা indirect-free-kick পীরোই;

মরমদি বল অদু in-play ওইদ্রি, মরম অদুনা referee না বল অদু অমুক হন্না drop তৌগনি।

২। শিংনবা শান্নবা ( competetive ) match তদি শান্নরোই নত্তনা অতোপ্পা মীওই অমতনা শান্নবা হৌবগী ( kick off) কাওবা নিয়মনা য়াদে।

## Advice to Referees

কয়স্থা নাকননা কাওবা হৌখিবগে ইশিল্লু ; শিংননা শান্নবা match তা শান্নরোই নত্তনা অতোপ্পা মীওইনা kick-off তৌ-হনগনু। শান্নবা হৌদ্রিবা কাওবা শান্নরোই অমতা মশাগী তথ্যার-দগী হেন্দোকহনগনু ; য়ান্নখিবা নত্তনা half-time গী মতম মিনিট ৫ দগী হেনহনগনু। Extra-time হাপলগা শান্নবা তারবদি law ৪ গী Pragraph (ক) গী মতুং ইন্না চৎখো। Normal period লোইখিদুনা extra-time হাপ্তুনা শান্নহনবা তারবদি extra-time হৌদ্রিদৈগী মরক্তা অহাংবা মতমগী পোৎথাবগী মতম অদু referee গী শক্তিগী মথা পোলনি।

## Advice to Players

অয়াম্বা শান্নরোইশিংনা referee গী whistle মখোল তাবগা মা-য়োক্লবা নাকনগী তথ্যায় অমসুং গজ ১০ গী সার্কলদা চংশিল্লি ; মসিমক অরানবনি, শান্নবা হৌবা হায়বা অসি বল অদুবু কোল্লিবা

অদুগী অরাপ্পা মকম অদু য়োনা বল অদুনা চৎপ্রবা নত্রগা লেংপ্রব মতমদা শাম্নবা হৌবনি; referee গী wishtle মথোলনা শাম্নবা হৌবা নত্তে।

Competition match অমদা draw ওইদুনা extra-time হ্‌ণ্ডুনা শাম্নবা মথা চৎথবা তারবদি টীমগী কেপ্টেননা মায়কৈ খনবা নত্রগা কাওবা হৌবা খঙবগী অপাম্বা অদু পৈশানা অরুপ্পী অরোংবী তৌদুনা খনগনি, extra-time অদুস্থ মাম্নবা মতমগী তম্বায় অনি থোক্না খায়দোকনি, half-time গী মতমদা নাকন ওম্থোক্লগনি অদুম ওইনমক পোৎথানবগী মতমদি কংলোই।

## LAW NINE

### Ball in and out of play

বল অদু out of play ওইরে :—

(ক) লৈমায়দবু ওইরবস্থ নত্রগা মথক্তবু ওইরবস্থ বল অদুনা পুম্না touch line অমস্থং গোল লাইনগী বাংমদা লানথোকপ্রবা;

(খ) শাম্নবা হেক হৌখিবদগী লোইত্রিবা কাওবা in-play ওইরে :—

(ক) বল অদুমা cross-bar, goalposts নত্রগা corner flag posts তা থারগা ফিল্ড মনুংদা চোংশিললক্লবা;

(খ) Referee নত্রগা linesmen না field অমুংদা লৈরিবৈঙদা বলনা field মমুংদা থারগা চোংশিললক্রবা ;

(গ) নিয়মবু শিংনরুবদগী দন্দি পীকম থোক্লবহুদা; referee না য়ারেপ্প পীরক্তিবা কাওবা।

## International Board Decisions

১। ঙমখৈ ওইরিবা লয়িশিং অহুম্ম ফিল্ডগী মমুং চল্লি, মসিনা হায়বদি touch অমসুং গোল লাইনস্থ ফিল্ডগী মমুং চল্লি।

## Advice to Referees

বলনা পান্দনবা অমসুং শায়বা অহুদা মরক থৎলুদনবা Linesmen দি ঙমলিবা মখৈ field গী মপান্দ লৈগনি ; অহুম ওইনমক তচ্চ লাইন লোয়দা য়ামনা নকশিন্না লৈগনি।

বল অহুনা নোংথক্তা তচ্চ লাইনগী য়াংমা লাননা পাইথোকল্লুরগা তারকপা মতমদা field মমুংদা তরকলবস্ত মহু out-of-play ওইরবনি। য়াম্না থুনা থুদক্তা বল অহুনা out-of-play ওইরে হায়বা ইঙ্গিৎ পীহোগনি, পীত্রিবা কাওবা বল অহু inplay ওইরি হায়না লৌথিবা য়াই। য়ারেপ অমসুং ইঙ্গিৎ থুদক্তা, পীয়ু, করিগুম্বা তংজাবা খঙহৌত্রগা Linesmen গা তায়ৌ।

### Advice to players

বল অদুনা পূমনা goal lines অমসুং touch lines লাখোক্তুনা চৎপ্রবা মতমদা বল অদু out of play ওইরে হায়জিলগনি; মৈদিদা মথক্তা চেনবা বল অদু inplay ওইরি; out of play নত্তে। Referee না whitle মখোন্দা শাবৌ, Linesman না ফিরাল হাইগৎপদি Referee না বলদু out of play ওইরে হায়হনবনি। মরেপ পীনবা শক্তি শিন্নবা মীদি Referee দনি।

## LAW TEN

### Method of Scoring

মশাগী পেনালটি এরিয়া মনুংদা লৈবা goalkeeper নত্তনা বল অদু ভকশিন্নিবা নাকনগী শাফরোইনা throw-in দগী নত্তগা মথুৎনা নত্তগা শাৎথোন্না কোৎশিনব নত্তগা থৎচিনথ নত্তনা বল অদুনা goalpost অমসুং cross-bar অনিগী মরক্তা goalline অদু পূম্না বল অদুনা লানথোক্তুনা চৎপ্রবা মতমদা শাজন অমা চনবা হায়বা অসি নিয়মমনা য়ারে।

Game অমদা শাজন মশিং হেনবা চনবা তিমদু 'winner' ওইহনগনি, চনপ্রবা নত্তগা মশিং মান্নবা 'চন্নবদি' game অদু 'draw' ওইরে হায়বা লৌগনি।

## International Board Decisions

১। Law ১০ না মেচ্চ অমদা মাই পাকলে নত্রগা মাই-থিরে নত্রগা draw ওইরে হায়না ভাকই।

২। Goalline কাওদোক্‌না পাঙ্গন চনবা য়াবা বল অদু মপানগী মীওই নত্রগা জীব অমনা চংশিল্লক্‌না বল অদু ক থি-দুনা নত্রগা লেপহনদুনা পাঙ্গন চনবা য়াবা অদু চলহলখিত্রগদি goal পীরোই। অমিগুম্বা ঘটনাসি পেনালটি কাওবা নত্তবা normal course of play দা থোরকনবদি শাম্বন অদু লেপ-হনগনি, মরক থৎলকখিবা মফম অদুমক্তদা Referee না বলদু drop তৌরগা শাম্বা অদু মথা অমুক চৎথহনগনি।

৩। মপানগী মীওই নত্রগা জীব অমনা চেনশিল্লক্‌না পাঙ্গন চনবা য়াবা বল অদু কানবা হোৎনবদ ওমথৌদদুনা বল অদুনা cross-bar অমসু goalposts অনিগী মরক্তা goal line কাওদোক্‌না চংশ্রবদি goal পীগনি। কাম্বগুম্বা চংহৌদবা ওই-রগনা মথক্তা paragraph (2) গী অতুংইয়া চৎথগনি।

### Advice to Referees

চপচাবা বারেপ পিবা ওননবা ওমলিবা মথৈ পাঙ্গন চনম্বা কাওশিল্লকপা মতমদা goal মনাক্ত নকশিননা চংশিন্দুন তা লৈগনি। goalkeeper না বল কাবা মতমদা, নত্রগা থিম্মোরক-পদা goal line লাম্থোকনা কাবা নত্রগা থিম্মোরকপা করিগুম্বা

মতমদা য়াওই; বল অদুনা goal line লাম্থোকপ্রে হায়বা চপ-চাপা থঙহৌরবদি goal পীয়ু।

## LAW ELEVEN
### Off-Side

বল অদুনা শাম্বরিবৈগী মীকুপতা শ'ম্মরোই অমনা মায়োক্পবা মায়কৈগী goal line লোমদা বলগী মমাং থানা নকশিননা লৈ-রবদি মহাক অদু offside ওইরে। নত্রবদি,

(ক) মহাক্না field গী ওথ্বায়গী মনুংদা লৈরবা,

(খ) মায়োক্পবা শামরোই অনিগুনা goalliue লোমদা মাগী মমাংথানা লৈরবা,

(গ) বল অদু মায়োক্পবা শ'ম্মরোইনা শাম্বিবা নত্রগা শোক-প্রবা মতুংদা মানা বল অদু ফংলবা নত্রগা মশানা শাম্বিবা বল ওইরবা,

(ঘ) মহাক্না বল অদু চুমথ্রিংননা কাওরকপা goalkick; cornerkick, throw-in নত্রগা Referee না drop তৌবদগী ফংলবা, মহাক off-side ওইদে।

Punishment :

Law অসিগী বাংমদা শাম্মোই অমনা চৎলক্লবদি, ঘটনা থোকখিবা মফম অদুদগী মায়োক্নবা নাবন্দা indirect-free-kick

অমা পীরগা শাম্বা অদু। মখা চৎথহনবগনি।

off-side ওইরবা শামরোই অমুবু; Referee না থাথনদব, শামবা অদুদা মায়োক্নবা শামরোইদা মরক থৎলক্রবা নত্রগা off side ওইরবা শামরোই অদুনা বল অদুদগী খুদোংচাবা লৌগে হোৎনরকক্রবদি. off side ওইদুনসু offside কী মরান শামরোই অদুদা পীরোই।

## International Board Decisions

Off-side ওইবা অসি শামরোই অদুনা বল অদু কংবা মতমদা off-side ওই নত্রগা ওইদে .হায়বগী বারেপ পীরোই। মহাকী শামরোই অদুনা মহাক ভমনা বল অদু হেক পীরকপা মীকুপ্তা মহাক off-side ওইবরা নত্রগা ওইদবরা হায়বা যেংবোগনি। Free kick অমা মাগী তিমগী শামরোই অমনা কাওবা মতমদা বল অদুনা মখক্তা পাইদুনা চৎলিঙৈদা মানা ভামরগা বল অদু কংজবা ওইরবদি শামরোই অদু off-side ওইরোই।

## Advice to Referees

অরোইবা মথককা para মুমা থওজিল্লু; off-side ওই নত্রগা ওইদেগী বারেপ লৌবদি মহাককী তিমগী শামরোই অদুনা বল অদু শামরিঙৈ মপুংবা; মহাক কনাঅরদা লৈথগে হায়ব অদু যেংলগা পীগনি। মর্মিনা ভাকপদি. বল অদু মাগী তিমগী 'শাম-

মাগী শাম্নরোটনা মমাং থানা পীরকপা চেনখৎলগা বল অতু তাম্নচুনা। কংবা ওইরবদি মহাক offside ওইদে।

Free-kicks অমসুং Penalty kick তসু নিয়ম অসি চৎ-নগনি।

Advice to players

Off side করিনো অমসুং করম্না ওইহলোইদগে খঙন-নবা অমসুং নিংশিংননবা law অসিগী মরিলৈনবা মচাক খরা অসি নখোয়না মতেং পাংগনি।

(ক) মহাক্না offside position দগী খুদোংচাবা লৌগে হোৎনরক্রবা offside ঔ য়ান নংঙেন্না পীরক্রোই। মহাক্না offside ওইরে খঙজরবদি শাম্নবা অতুদা মরক থৎলুরসু, মা-হোক্কুবা শাম্নরোইদসু থগৎহল্লুরসু অতুগা বল অতুদগী খুদোং-চাবসু লৌগে হায়না তৌশিন্নরুরসু। চ্যেকশিনগদৌবা অমনা— goalkeeper না বল ফাগে হোৎনজবদা goalkeeper না উজ-গদৌব অতুদসু থৎলুগসু।

(খ) মহাক্কী শাম্নরোইনা বল অতু শাম্নরিহৈদা মহাক্কী নমাং থানা বল অতুনা লৈরবা মত্রগা নমাং থাম্না মায়োক্কুবা শামরোই অনি-দগী তাদনা মায়োক্নবা goal line লোংদা নকশিননা লৈবম্না হায়বা অতু মংলা চ্যেকশিননা য়েংলবদি মহাক offside শুকওই ওইরোই।

Goal kick, corner kick, throw in অমসুং referee না বল অদু drop তৌবদা offside লৈতে।

(গ) Offside ওসী চেনখৎলগা মহাক্না on-side ওইবা শুকয়া য়াদে। মহাকনা on-side ওইগদৌবদি, মায়োক্নবা শামরোইনা বল অদু ক'প্রব, মহাক্কী শামরোইনা বল অদু শাম-খিদুনা মহাক্কী মমাং থানা বল অদুনা শামপ্রবা, মায়োক্নবা শাম-রোইনা বল অদু শোকখিদুনা para (খ) গী মতুং ইনপ্রবা মতমদা মহাক on-side ওইগনি।

## LAW TWELVE

### Fouls and Misconducts

শামরোই অমা মথাগী মরান মাপল অসিগী মসুংদা অমত' তৌগে খনা তৌরুরবদি ;

(ক) মায়োক্নবা শামরোই অমদা কাওরুব নত্রগা কাওগে হোৎনরুবা ;

(খ) মায়োক্নবা শামরোই অমবু খুরৌচল্লুবা হায়বদি খোঙনা কায়ন চনশিন্দুনা লংথুগে হোৎনবা নত্রগা মনিংদা নত্রগা মমাংদা হকচাং নোম্থদুনা তুননবা শদন থারুবা ;

(গ) মায়োক্নবা শামরোই অমদা চোংশিনবা ;

(ঘ) মায়ে'ক্লবা শামরোই অপদা ভমখিনা নত্রগা শোকপা
রাবা মওংদা charge তৌবা ;

(ঙ) মায়োক্লবা শাম্‌রোই অমদা (মমাং খত্তবা) ভুংলোমদগী
charge তৌরুবা ·

(চ) মায়ো'ক্লবা শামরোই অমদা ফুরুব নত্রগা' ফুংগে হোৎনরুব ;

(ছ) মায়োক্লবা শামরোই অমবু কাচুনা খম্বা ;

(জ) মায়োক্লবা শামরোই অমবু ইললুবা ;

(ঝ) বল অদু খুৎনা শাম্নবা হায়বদি পুতুনা চৎপা, থাক্লবা নত্রগা খৎখরুবা (মসি মশাগী penalty area মনুংদা নৈবা goalkeeper দদি চৎনরোই)

Direct free-kick অমা মায়োক্লবা team দা ঘটনা থোক-খিবা মফম অদুগী কাওহল্লগা শাম্নবা অদু মথা চৎথগনি ।

মশাগী penalty area মনুংদা ভাকথোকলিবা team গী শামরোই অমনা তৌগে খন্ন' মরাম মাপল অসিগী মনুংদা অমতং তৌরুরবদি penalty-kick পীগনি ।

শামরোই অমনা মরাম মওা অসিগী মনুংদা অমতং তৌরুর-বদি ;

১। Referee গী রাথলদা শোকপা রাই হায়না খনবা রাবা মশামা শামরুবা খুদম ওইনা হায়রবদা goalkeeper না বল শাররিতৈদা বলদা কাওগে হোৎনরুবা ;

২। Playing distance তা বল অদুদি লৈতন' বল অদু শায়বগী য়াথল থমদনা লে'জুমগা লে'জুমগ: ইয়দুনা লৈথোকপা ;

৩। বল শায়ত্রিব (বল কংত্রিব') মাযোক্লবা শ য়রোই অমদা তোগে থয়া থৎতুনা থমবা হায়বসি বল অমসুং শায়-রোই অনিগী ময়ক্তা লেপশিন্দুনা থৎপা নত্রগা মাযোক্লবা শায়রোই অমবু হকচাংগী কিরেপ ক'য়হয়ব। লেপশিন্দুনা লৈথোকপা ;

৪। মথাগী অসি নত্তবা মতমদা goalkeeper দা charge তৌরবা—

(ক) বল পা:য়রিবৈদ;

(খ) মাযোক্লবা শায়রোই অমবু থৎতুনা থমলিবৈ.

(গ) Goal area লাম্থোকপ্রব মতম।

৫। Goalkeeper অমা ওইনা শ য়রিবৈদ—

(ক) অতোপ্পা য়ায়রোই অমনা শায়খিদনবা বল অদু পায়না পায়না খোঙকাপ মরিদগী হেন্ন পুদুনা, ল'দুনা অমুক হয়া ওকপা নত্রগা চোংথহন্দুনা অমসুং বল অদু থাদোক্লনা চৎলবদি ;

(খ) Referee গী য়াথলদা, থঙব হৈবা শাদুনা বল অদু মতোমতগীনি নিংদুনা পায়শিনদুনা থমলগা game অদু শায়বদা তপথহন্দুনা মতম মাংহনবা অদুগা মাগী

team দা মরম চাদনা খুদোংচাবা পীনবা হোৎনরবদি, indirect-free-kick অমা মায়োক্নবা নাকন্দা পীরগা ঘটনা থোকখ্রিবা মফমদগী কাওহনগনি।

শাম্নরোই অমবু করম্বা মতমদা caution তৌগনি।

শাম্নরোই অমনা:—

(ঞ) Referee না তৌরো নত্রগা য়ারে হায়বা ইঙ্গিৎ পীত্রিদৈঙদা শাম্নবা হৌখ্রবা মতুংদা field মনুংদা চংশকপা, অমুক হননা চংডুনা য়াওরবা নত্রগা অমুক হন্না য়াওবা নত্রগা শাম্নরিদৈঙগী মনুংদা field দগী মপাল থোকউরবা (অপোক অপন নত্তবা)। Referee না caution তৌনবগীদমক্ত শাম্নবা অদু লেপহল্লুরবদি referee না শাম্নবা লেপহনখিবা মতমদা বল অদুনা লৈরমবা মফমদগী indirect free kick অমা মায়োক্নবা team দা পীরগা শাম্নবা অদু অমুক মথা চৎথহনগনি। অদুম ওইনমক মরান লৈরবা শাম্নরোই অদুনা হেন্না শাথিবা মরান অমগা চৎথরক্লবদি মানা তৌখ্রিবা মরান অদুগী মতুংইন্না নিয়ম্না পীকম থোকপা দণ্ড অদু পীগনি;

(ট) অনম কনবা অমগা লোইননা game গী law বু শিংনরবা;

(ঠ) Referee না পীবা বারেপ্তা বাহৈনা নত্রগা থবকনা য়ানিংদবা উৎলবা ;

(ড) লৈবাক মচা ভাদবগী লমচৎ চৎলক্লবা।

Game গী law শিংবু কা-হেননা শিংনবদি নত্তনা মথক্কী (ট, ঠ, ড) মরান অহুম অসিমক্কী মরক্তা অমতং শিংনরক্লবদি caution তৌবগী মথক্তা indirect-free-kick অমা মায়োক্লবা team দা ঘটনা থোকখিবা মফমদগী কাওহনগনি।

শায়রোই অমনা মথাগী মরান অহুম অসিগী মসুংদা অমতং তৌরক্লবদি শায়রোই অদু শায়কমদগী ভাস্থোক্‌না শাম্বা য়াওহল্লোই ;

(চ) Referee গী বাথলদা ভমথীবা শাজৎ নত্রগা থীনা শোকপা য়াবা মশায়া শায়রে থল্লবা ;

(ণ) অচোপ্ অয়েক্ খুড়দবা, শীজিমবা য়াদবা বাহৈ শিজিননদুনা ভাং-শকলবা ;

(ত) Caution তৌব্রবা মতুংদা অনম কনদুনা game গী নিয়মবু শিংনদুনা অয়ানবা শাজৎ চৎলবা।

মরাম অসিগীমক্তা শায়রোই অমা শায়কমদগী ভাস্থোকতুনা শায়না য়াওহলবা, শায়বা অদু লেপহল্লুরবদি, মায়োক্লবা team দা ঘটনা থোকখিব মফম অদুদগী indirect-free-kick অমা কাওহল্লগা শামবা অদু মথা চৎখহনগনি।

## International Board Decisions

১। করিগুম্বা goalkeeper না ভোগে থম্না মশাগী penalty area মনুংদা মায়োক্নবা শায়রোই অমদা ফুকপা নত্রগা বল পায়না পায়না তমথিবা অমগা লোইননা ইস্কুরবদি referee না penalty kick পীগনি।

২। কনাগুম্বা শায়রোই অমনা বল পুথিনবা হোৎনরকপদা ভোগে থম্না মতুং ওনশিনলকপা মতমদা শোক পল্লুহৈদোবা মওংদা charge তৌবা য়াই।

৩। Goal area মনুংদা goalkeeper না বল পায়ত্রিবৈদা মা-য়োক্নবা শায়রোই অমনা, হকচাংদা থে তিল্লকপা মতমদা referee গী য়াথলদা শায়রোই অদুনা ভোগে মতাগুম্বা goal keeper দা থেংতিন্নে লৌরবদি শায়বা অদু লেপহনগনি অমসুং indirect free-kick কাওখহনগনি।

৪। কনাগুম্বা শায়রোই অমনা বল অদু কোকনা থেংনবগীদমক্তা মাগী মমাংদা লেপলিবা মশাগী টিমগী শায়রোই অদুগী লেংজুম পায়দুনা চোংথৎলগা বল অদু কোকনা থেংপ্রবদি referee না শায়ব অদু লেপহল্লগা লৈবাকমচা তাদবা মশায়া শায়বগীদমক্তা মরিলৈনবা শায়রোই অদু caution তৌগনি অমসুং মায়োক্নবা team দা indirect-free-kick কাওহনগনি।

৫। শায়বা হৌপ্রব মতুংদা শায়রোই অমনা মাগী team দা য়াওনবা নত্রগা অমুক হনন্না চংদুনা য়াওনবগী মতাংদা

referee দা খঙনল্লু কায়বগী অর্থদি touch line দগী referee গী পুক্লিং চিংশিল্লু কায়বনি। চংদুনা শান্নবা য়াওবা য়ারে খঙনবা ময়েক লারবা ইক্লিং খুৎনা নত্রগা হকচাংনা পীগনি, মহাক চংহননবগীদমক্তা শান্নবা লেপ্প' ঙাইরোই (law 4 দদি চৎনরোই) অদুবু চংহননবগী ইক্লিং পীনবগী মতাংদি referee না মতাং চাবা ঙাইগনি।

৬। Law ১২ না caution তৌনবগীদমক্ত শান্নবা লেপহল্লু কায়বা চপ চাবা শক্তি পীদে। Referee না খঙরগা তকশিনবা মায়কৈদা খুদোংচাবা পীথোক্কনি। Advantage পীগ্রবদি শান্নবা অদু লেপলবা মতমদা caution তৌ হ য়বা চৈথন অমা পী।

৭। কনাগুম্বা শান্নরোই অমনা, মায়োক্কবা শান্নরোই অমনা বল অদু শান্নত্রিঙৈদা, বল অদুবু কংনবা হোৎনরকপদা শান্নরোই অদুদা থেংজিনবা অদু law ১২ গী para ৩ বু শিংনবা নত্তে মরমদি বল অদুনা playing distance তা লৈরি কায়বদি মানা বল অদু খাগী হৈশিংজবনা কংজহৌবনি। তংশেংনমক মহাক্না বল অদু শান্নজবনি, নিয়মবু শিংনবা নত্তে। অসিগুম্বা মতমদা মহাকপু charge তৌবা য়াই।

৮। কনাগুম্বা শান্নরোই অমনা তৌগে মতাংগুম মখুৎ তিংথোকভুনা অমসুং মাইকৈ অমদগী অমরোমদ মখোঙ থাংদোক থাংজিন তৌদুনা মখুৎ অদ মথক্তা অমসুং মখাদা হায়গৎ-হায়থ

তৌহুনা মায়োক্নবা শামরোই অমবু হকচাংদি কেনরুদনা শাম-রোই অহুগী শামরুবক্লিবা অহু থেংথনবা অমসুং মাংকে ওনবা হোৎনরক্নবদি referee না শামরোই অহুবু লৈবাকমচা তাদনা শামবগীদমক caution তৌগনি অমসুং indirect-free-kick অমা পীগনি। মসিমক goalkeeper না বল নংথোরক্নবা হোৎ-নরকপদা তৌরক্নবদি law 12 কী অমসুং ৫ শুবগী (ক) গী মতুং ইন্না indirect free kick কাওহনগনি।

৯। Referee না free-kick অমা পীবা মতমদা শাম-রোই অমনা মান্না তমথীবা মওংদা অথিবা থাহৈনা চৈ-থাংলক্ল-বদি মহাকপু শামকমদগী ত ম্বোক্না শামব। মাওহন্লোই, তান-থোকপ্রবা শামরোই অহুনা field দগী মপান থোক্তিবা কাওবা free-kick অহু কাওহল্লোই।

১০। শামরোই অমনা field মনুংদগী নত্রগ, মপান্দগী ওই-রবস্থ ম য়োক্নবা শামরোইদ নত্রগ referee দা নত্রগা মশাগী শাম-রোইদা নত্রগা ভাবকুবু ওইরবস্থ মহাকী লম্চৎ অহু লৈবাকমচা তাদবা নত্রগা তংথীবা শাকৎ নত্রগা অথিবা থাহৈ শিজিন্নহুনা চৈ-থাংলবদি মহু মরান লৈরে, মরান অহুগী মতুং ইন্না পীকম থোকপা দন্দি পীগনি।

১১। Goalkeeper না মরম চাদনা বল মথক্তা তুশিন্নুনা মতম শাংনা লৈথোকপ্রবদি referee না লৈবাকমচা তাদবা মশামা শামবগীদমক caution তৌগনি অমসুং ;

(ক) Caution তৌবগা লোইননা indirect-free-kick অমা মায়োক্নবা team দা কাওহনগনি।

(খ) অসিগুম্বা মরান অসি অমুক হন্না (caution তৌখ্রবা মতুং) তৌরক্লবদি field দগী থাদোক্কনা শাম্নবা য়াওহল্লোই।

১২। কনাগুম্বা শাম্নরোই অমনা referee না caution তৌগে হায়না নিংনকপা মতমদা caution তৌখ্রিবৈগী মমাংদা শাম্নরোই অদু। caution গা মাম্নবা মরান অমগা তৌশিননকনবদি.. শাম্নরোই অদু শান্নকমদগী থাদোক্কনা শাম্নবা য়াওহল্লোই।

১৩। মায়োক্নবা শাম্নরোইদা অমসুং ওফিসিয়েলশিংদা নত্রগা অতে প্ল' মীওইদা ভিন-শিৎচিনবা নত্রগা মসিগা মাম্নবা লমচৎ চৎপা অসি মশাম্না ফজদবনি হায়না law 12 গী (চ) গী মতুংইন্না লৌগনি।

১৪। কনাগুম্বা শাম্নরোই অমনা তৌগে খন্না goalkeeper না বল অদু শাম্ননবা লংথোরককে হোৎনবদা থত্তুনা থম্নবদি law 12, অমসুং law 5 (ক) গী মতুং ইন্ন' indirect-free-kick পীগনি।

## Advice to Referees

Law অসিগী মতাং খুদিংমক মুন্না খঙবা দরকার ওই, অদুবু অচুম্বা য়ারেপ শিজিন্নবগী মতাংদদি খোর্জেইরবা ঘটনা অদু তৌগে

মত'ওম তৌখিবর৷ নত্রগা খন্দনা তৌখিবরা হায়বা মচুদি referee গী খন্নবা ঙম্বা শক্তিগী মথা পোল্লে।

Clause (খ) দা পনখ্রিবা-মায়োক্নবা শান্নরোই অমদা চোংশিনবা অমসুং বলদা চোংশিন্দবা হায়বা অসি নিয়ম কায়বা থবক্নি। শান্নরোই অমদা চোংশিনবদা শোকপা নত্তনা অতোপপা অমা ওইরোই।

Clause (ঝ) অদু খওজিল্লু মচুদি থুংনা বল অদু খৎথবা নত্রগা থাবা নত্রগা খত্তুনা পুব নত্রবদি নিয়মসু থুংগাইবা নত্তে। তৌপে খুন্দনা বলন খুত্তা থাজিনবা মতমদা শান্নরোই-অমবু মরান পীবা অদু তৌগনু।

বল অদুনা playing distance দা লৈরিঙৈদা শান্নরোই অমবু নিয়ম চুম্না charge তৌবা য়াই। করিগুম্বা থবক অদুনা নিয়মসু থুগাইরক্নবদি মচু paragraph (২) গী বাংমদনি, মরম অদুনা penalty area গী মপান্দবু ওইরবসু নত্রগা মনুংদবু ওইরবসু indirect-free kick পীগনি।

Goalkeeper না মায়োক্নবা শান্নরোই অমবু খত্তুনা নত্রগা থিংদুনা থমগ্রবদি goal area মনুং ওইদুনসু মাবু charge তৌবা য়াই। কাওশিল্লক্লিবা বল অদুদা পুক্নিং থম্নগা ঙাকথোকচনবা হোৎনজবগী খুদোংচাবা লৈদুনা হোৎনজরকপদা goalkeeper অদুদা unfairly charge তৌত্রা হায়বা যুম্না য়েংও।

কনাগুম্বা শাম্নরোই অমনা মশাগী penalty area মনুংদা মখাদা পীরিবা মরাল মাপল অসিগী মনুংদা তৌগে মতাগুম তৌ-রকপা মতমদতা penalty kick পীগনি :

(ক) মায়োক্নবা শাম্নরোই অমদা কাওরবা নত্রগা কাওগে হোৎনবা ।

(খ) মায়োক্নবা শাম্নরোই অমবু খুয়ো চল্লুবা ।

(গ) মায়োক্নবা শাম্নরোই অমদা চোংশিনবা ।

(ঘ) মায়োক্নবা শাম্নরোই অমদা তমথীব অমসুং শোকপা য়াবা মওংদা charge তৌবা ।

(ঙ) মায়োক্নবা শাম্নরোই অমদ' তুংগোমদগী charge তৌবা ।

(চ) মায়োক্নবা শাম্নরোই অমদা ফুরবা নত্রগ থেংজিনগে হোৎনবা ।

(ছ) মায়োক্নবা শাম্নরোই অমবু ফ'জুনা থম্বা ।

(জ) মায়োক্নবা শাম্নরোই অমবু ইন্থরবা ।

(ঝ) বল অদু খুৎনা শাম্নকপা ।

কনাগুম্বা নাকল অমগী শাম্নরোই অমনা মশাগী penalty area মনুংদা নত্তবদা অমসুং ভকশিন্নিবা শাম্নরোইনা মায়োক্নবা penalty area মনুংদা মরাল থাপল অসিগী মনুংদা অমত্তং তৌ-রকপদি direct free kick পীগনি ।

নংগী য়ারেপ হোংদনবা নত্রগা নংগী য়ারেপ্তা য়াহং তৌ-হন্দুনা নংবু কোয়শিনহনগনু ।

Goalkeeper না বল পায়রিবৈগী মতুংদা মায়োক্লবা শায়-রোই অমনা fairly charge তৌব য়াই, অদুবু পায়রবা বল অদুদা কাওবা নত্রগা কাওগে হোৎনবদি য়াদে । মখোই থাজহৎতুনা শোকপা য়াবা মশাম্না শায়রক্লবদি পীকম খোকপা মরান পীগনি হায়বদি indirect free kick অমা মরান লৈরবা team গী নাকনলোমদা কাওদনগনি ।

শায়রোই অমনা অমুকহন্না শায়বা য়াওরবা নত্রগা য়াওবা চংলকপগীদমক্তা বল অদু out of play নত্রগা শায়বা লেপ্পা ডাই-বগী মরকার লৈতে referee না হেক থডবগা শায়বা য়াওহল্লু (law 4 গদি মরি লৈনরোই)।

## Advice to players

Law 12 অসি খ্বাইদগী মরু ওইবা law অমনি, মসি নংনবু মুম্না থডত্রবা অনমং পাত্রবদি নহাক্কী পুক্কিং য়াম্না লাউতক্লহনগনি । নংবু মরান শিহন্দনবা নত্রগা caution তৌহন্দনবা হোৎনৌ, caution তৌগ্রবা শায়রোই অমা তায়বসি মহৌশানা মানা মতুংদা তৌরকপা মরান অদু হেক্লিম্না তৌবা মরান অমা ওইনা লৌই । মথাদা পীরিবা পাউতাক খরা অসিনা নংবু নিয়ম অসিগী য়াংবদা লৈহন্দনবা হোৎনবদা মতে, পায়দনা পীগনি ;

(ক) নংনা লাল্লুরবা মতমদা লময় খুন্নবা হোৎনরুগনু, ... নশাবু মরান শিজরগা পুক্লিং কাথৌ, নংনা লময় খুমল্লুর-বদি নংবু শান্নকমদগী তাংখৌরক্কনি ।

(খ) মায়োক্লবা শান্নরোই অমদা চোংশিনবদা থোকদৌবা খুদোংথীবা অদু নংনা খঙনা চৎলু ।

(গ) "Hands" ওইরে হায়রুনা বাকৎপা অদু তৌরুগনু । অসিগুম্বা ঘটনা অদু referee না শোইদনা যাগী মথৌনি খঙনা তৌজররকনি, নংনদি বাকত্তুনা লেপ্তুনা লৈথোকউরে, Referee না খুদোংচাদবগী থোকখিবনি খঙ্ঘুনা মরান পীখিব্রবদি নংনা খঙ্ঘ-হুনা য়েংঙু, নংগী মায়কৈগী ওইজবা মাঙই ।

(ঘ) নহাকপু charge তৌরকপা মতমদা নংগী অশাওবা কাথকৌ অমম্বুং মুংঙাইতবম্ব তৌরুরগনু ।

(ঙ) Fairly charge তৌরকপা মতমদা নংনা তুশিনবা অসি করিম্ব ইকায়নিংঙাই লৈতে, মায়োক্লবা শান্নরোই অমনা নংবু কাহুনা থমগ্রবা মতমদা য়াম্ন' চমনা থন্দোকউ । মসিনা নং-ঙোন্দা য়াম্না মরু ওইরবা পায়া অমা তম্বদা য়াম্না মতেং ওইগনি । নংনা charge তৌকবা মতমদম্ব নিয়ম চুম্না অমম্বুং থম্মোয় চুম্না তৌ, মহাক অসিদা শোক্লগনু মতাগুম্না charge তৌবগী শক্তি নঙোন্দা পীদে ।

(চ) Referee না পীরকপা বায়েপ্তা বাহং অমুক তৌরুদনা ইন্নু. বাহৈনা নত্রগা থবকনা য়ান্নিংদবা কোংদোকউবা অসিম্ব মরান অমনি ।

(ছ) Goalkeeper অমা ওইনা শান্নরবদি, বল হেক ফংবগা goal area থাদোক্লবা হোৎনৌ, মত্রবদি মায়োক্লবা শান্নরোইনা মংঙোন্দা charge তৌবা ওমই হায়বা অসি মংগী য়াথলদা কাওগনু । মংগী goal area মনুংদ' মহাক্না লৈরিবমথৈ বল অদু পান্নদুনা লৈথোকনু মত্রগা মায়োক্লবা শান্নরোইবুসু থত্তুনা মত্রগা থিংদুনা থমন্নুগনু । থাইদগী ফবা goalkeeper দা পীগদৌবা পাউতাক্তি বল হেক ফংবগা কাওথোকখিনবা মত্রগা লংথোকখিনবা হোৎনবা অসিনি ।

Goalkeeper না বল অদু ফাগ্রবা মতমদা বল অদুদা কাওগে হোৎনবা অসি নিয়মগী য়াংমদনি হায়বা অসি শান্নরোই থুদিংমক্না নিংশিংগদৌবনি । Referee না মদু শোকনিংঙাই ওইবা মথনগী শান্নবনি হায়না লৌই, মদুনা মদুগী ফলদি indirect free kick লাকনি ।

(ঝ) শান্নরিভৈগী মনুংদা থুদোংচাহৌদবদগী মত্তনা referee দগী অয়াবা য়াথং য়াওদনা field দগী মপান থোকনু । Field দগী মপান থোক্লিংলবা মত্রগা শান্নবা হৌগ্রবা মতুংদা মংগী টিমদা য়াওনবা চংনিংলবদি থবক অদু তৌগ্রিভৈগী মমাংদা referee দগী য়ারে হায়বা ইঙ্গিৎ অমা লৌগদবনি ।

# LAW THIRTEEN

## Free-kick

Free-kicks অসি মরু ওইনা অনিথোক্না খায়দোকই : Direct (ময়াল লৈরয়া নাকন্দা কাওশিনবা মতমদা কাওরিবা বল অদুনা চুমথ্রিংননা goal চনবা য়াবা) অমসুং indirect (বল অদুনা goal চনথ্রিদৈগী মমাংদা কাওরিবা শাময়োই অদু নত্তবা অতোপ্পা শাময়োই অমনা শোক্তনা কাওরিবা বল অদুনা চুমথ্রিংননা goal চনবা য়াদবা)।

শাময়োই অমনা direct নত্রগা indirect free kick অমা মশাগী penalty area মনুংদা কাওবা তারবদি মায়োক্নবা শাময়োই খুদিংমক penalty area গী বাংমদা লৈগনি অমসুং য়ামথ্রবদা বল অদুনা কাওগদৌরিবা মফম অদুদগী গজ ১০ গী অরাপ্পদা লৈগনি। বল অদুন মশাগী কোয়্রিবা শরুক অদুগী অরাপ্পা অদু য়ৌনা ওনথিবা নত্রগা চৎথিনবা কাওগনি অমসুং penalty area বাংমা লান্না ক'ওথংকনি। Penalty area মনুংদা কাওব বল অদু goalkeeper না কাওথংহননবা মখুৎনা নত্রগা মথোঙনা কাদুনা শাময়া য়ায়োই। বল অদু in play ওই-ননবা কাওথংলকপদা penalty area বাংমা লান্দ্রবদি অমুক হন্না কাওহনগনি।

শম্মেরোই অমনা মশাগী penalty area গী বাংমদা direct নত্রগা indirect free-kick অমা কাওরমদাইদা মায়োক্নবা শাম্নরোই থুদিংমক কাওগদৌরিবা মকম অদুদগী গজ ১০ গী (বল অদুনা কাওজ্রিবা কাওবা) অরাপ্পদা লৈগদ্রি। গজ ১০ গী অরাপ্পা মকম লৈত্রবদি goal post অনিগী মথুংদা goal line দা লেপপা য়াই। বল অদু কোল্লিবা শরুক অদুগী অরাপপা অদু য়োনা বল অদুনা লেংপ্রবা মতমদা বল অদু in play ওইরে লৌগনি।

Free-kick কাওরমদাইগী মতমদা মায়োক্নবা শাম্নরোই অমনা করিগুম্বা penalty area নত্রগা গজ ১০ গী অরাপপগী মথুংদা চংশিন্নুনা লৈশিল্লবদি referee না নিয়মগী মথা পোন্দ্রিবা কাওবা free-kick অদু কাওহল্লোই।

Free-kick কাওজ্রিবৈগী মমাংদা বল অদু লেংদনা খিন্নুনা থমহনগনি, করিগুম্বা শাম্নরোই অমনা শোক্তিবৈ নত্রগা শাম্নজ্রিবৈদা free-kick কাওরিবা শাম্নরোই অদুনা অনিরকশুবা ওইনা শাম্নবা নত্রগা শোকপা য়াদে।

## Punishment

অতোপ্পা শাম্নরোই অমনা বল অদু শোক্তিবৈ নত্রগা শাম্নজ্রিবৈদা free-kick কাওরিবা শাম্নরোই অদুনা অনিরক শুবা ওইবা শাম্নরবদি, indirect free-kick অমা মায়োক্নবা নাকন্দা নিয়মদু শিংনখিবা মকম অদুদগী কাওহনগনি।

## International Board Decisions

১। Refereeনা indirect free kick অমা পীরবদি, direct অমসু indirect free-kick অনিগী খেন্নবা অদু তাক্লবা থুংবা অদু কোকথক রাংমা লান্না থাঙ্গৎকনি। বল কাওজিনবা কাওবা লৈরিবা কিতম অদুদা referee না লৈগনি।

২। Free-kick কাওরমদাইগী মতমদা শান্নরোইশিংনা (মায়োক্লবা) হন্দোককম খোকপা মকম অদু য়োনা হনদোকতুনা লৈত্রবদি caution তৌগনি অমুক হন্না তৌরক্লবদি field দগী তাদ্থোক্তুনা শান্নবা য়াওহল্লে'ই। Referee দা হায়গদৌবা অমনা free-kick কাওরমদাইদা হন্দোককম খোকপা মকমদা হন্দোক্তনা কাওগদৌরিবা অদু তপথহনব অসি হেক্তিনবা শাজংনি হায়না লৌগনি।

৩। Free-kick কাওরমদাইগী মতমদা শান্নরোইশিংনা, মায়োক্লবা শান্নরোইশিংবু ঙাওহনবা নত্রগা পুক্নিং লাংহনবগী মওংদা জংগায় শাজিনবা নত্রগা হকচাং হাইহুংদুনা তৌরক্লবদি মদু লৈবাকমচা তাদবা লমচৎনি, মরাল লৈরবশিং অদু caution তৌগনি।

Advice to Referees :

Indirect free-kick অমা পীরবদি 'ক'কথক রাংম লান্ন থুংবা থিজংতুনা indirect free-kick নি তাকনি।

করিগুম্বা বল অদুনা মাবু কোল্লিবা শরুক অদুগী অয়াপপা অদু থৌনা লেংজে নত্রগা ওন্দ্রে ( ইঞ্চি ২৭ ) লৌয়বদি লেংননবা কাও হায়না য়াথং পীয়ু ।

বল কাওজিন্দৈগী মমাংদা বল অদু লেংদনা খিলহনগনি হায়ব অসি খঙজিল্লু। শ'ম্বোই অমনা direct নত্রগা indirect free-kick ভগী চুমজিংননা মশাগী goal দা কাওশিনজরবদি referee না corner-kick পীয়ু. penalty area মনুংদগী ওই-রগনা penalty area বা'মা লানথৎনা অমুক হন্না কাওহনগনি । ওয়বয়োমদা শাম্বোই অমনা করিগুম্বা মাম্নোক্নবা goal দা indi-rect-free-kick অদু চুমজিংনন। কাওশিল্লগনা goal-kick পী-গনি ।

Kick-off, goal-kick নত্রগা নিয়মগী বাংমদা চৎথরক্লবা মতমদা থোরকপা free-kick (মথাগী) শিং অসিদগী চুমজিংননা পাঙন চনব য়াদে ।

(ক) শাম্বোই অদুনা বল অদু অতে'প্পা শা'ম্বোই অমনা শামজিন্দৈদা অনিরকশুব। ওইনা শোকলুয়বা ;

(১) Kick-off

(২) Throw-in

(৩) Free-kick

(৪) Penalty-kick

(৫) Corner-kick
(৬) Goal-kick. (Penalty area বাংমা লানগ্রবা)

(খ) Offside কী মরান শিরবা।

(গ) Goalkeeper না খোঙকাপ মরিদগী হেন্না পুদুনা নত্রগা পায়দুনা বল পুরবা।

(ঘ) Playing distance ত বল লৈত্রিতৈদনা মায়োক্নবা শায়রোইদনা fair charge তৌবা।

(ঙ) মায়োক্নবা শায়রোই অমা থত্তুনা থমলবা।

(চ) লোকপনবা য়াবা মশামা শায়বা।

(ছ) বল পায়রবা নত্রগা শায়রোই থংহবা মতমদা goal-keeper দা charge তৌবা।

(জ) লৈবাকমচা তাদবা মশাম্নন শায়বা।

(ঝ) Referee না শায়বা অদু মথাগী মরম থৱসিদগী শায়বা লেপহনগ্রবা:

(১) Caution তৌবা,

নত্রগা (২) শায়রোই অমনা তাক্লোকগ্রবা।

## Advice to players

Referee দা free-kick পীদবা ওয়গী শক্তি লৈ কায়বসি থঙজিল্লু, হায়বদি মরান লৈরবা মাকল অদুগী তকশিনক্লিবা মাকলনা হেন্না থুদোংচাবা লৈরে হায়না referee না খনবা।

শান্নরোই খরনা মখাগী মওং খরশিন্দা শান্নবা তপথহল্লি।

(ক) Free-kick কাওগদৌরিবা মকম অদুগী চক্কনা কাওনবা হোৎনবা;

(খ) Free-kick কাওরম্দাইদা মখাগী defence তৌনবা গজ ১০ গী অরাপপগী মনুংদা তৌগে খরনা লেপশিন্দুনা লৈশিনবা।

অসিগুম্বা মথংগী মখানা অসিনা game অদু মশক থিংলি। কবিগুম্বা free-kick অমা গজ ১০ গী অরাপপা ময়োদবা মকমদগী কাওবা তারবদি তাকথোকপিবা নাকননা goal post অনিগী মরক্তা goalline দা লেপ্তুনা তাকথোক্লবা লেম শাবা য়াই।

# LAW FOURTEEN

## Penalty-kick

Penalty-kick অমা কাওবা তারবদি penalty mark তগী কাওগনি (goalline দগী গজ ১২), কাওরম্দাইগী মতমদা কাওগদৌরিবা শান্নরোই অমসুং মায়োক্নবা goalkeeper নত্তবা শান্নরোই খুদিংমক penalty mark তগী গজ ১০গী অরাপ্পদা penalty area গী মপান্দা লৈগনি অদুমওইনমক field গী মনুংদা লৈগনি মায়োক্নবা goalkeeper অদু (মখোঙ লেংদনা) goalpost অনিগী মনুংদা goalline দা লেপ্তুনা বল কাওত্রিব কাওবা লৈ-গনি। বল কাওরিবা শান্নরোই অদুনা বল অদু মমাংলোমদা

(মশাগী) কাওখৎকনি, অতোপ্পা শাম্রোই অমতা শোকক্তিদ্রৈঙদা মশামক্না অনিরকঙ্গা ওইনা বলদু শাম্বা নত্রগা শোকপা য়াদে। বলদুবু কোল্লিবা শরুক অদুগী অরাপ্পা অদু য়োনা বলদুনা চৎপ্রবা মতমদা বলদু in-play ওইরে লৌগনি, penalty kick তগী চুম-ত্রিংনা পাঙ্জন চনবা য়াই। Half time নত্রগা full time লোই-শিনপ্রবা মতমদা penalty-kick অমা কাওবদা goal post অনিগী মসুংদা চংত্রিদ্রৈঙগী মমাংদা বল অদুনা goalkeeper দা শোক্লমগা বল অদু goalline কাওদোকদুনা post অনিগী মরক্তা চংপ্রবদি মদু পাঙ্জন অমনি হায়না লৌগনি। দরকার ওইরক্লবদি (penalty-kick পীব) full-time নত্রগা half-time গী মতম লোইপ্রবসু penalty কাওবগীদমক্ত মতম অদু শাংদোকহনগনি।

**Punishment :**

নিয়মসিগী বাংমা লায়া চৎলক্লবদি :

(ক) ডাকথোকলিবা নাকননা ওইরগনা পাঙ্জন চনখোয়রবা মতমদা penalty অমুক হন্না কাওহনগনি।

(খ) Penalty কাওরিবা শাম্রোই অদু নত্তবা মাগী শাম্রোইশিংনা ওইরগনা পাঙ্জন চনপ্রবসু পাঙ্জন অদু লৌ-রোই অমুক হন্না কাওহনগনি।

(গ) Penalty কাওরিবা শাম্রোই অদুনা বলদু in-play ওইপ্রবা মতুংদা লাল্লকপা ওইরগনা নিয়মগী বাংমা

লাননা চৎথিন্নবা মকম অদুদগী মায়োক্নবা ( কাওরিবা শায়রোইডুগী) শায়রোইনা indirect-free-kick অমা কাওহনগনি ।

## International Board Decisions

Referee না penalty-kick পীগ্রবদি, শায়রোই-শিংনা মাগী মাগী লৈফমদা লৈত্রিঙৈদা কাওরো হায়বা ইঙ্গিৎ পী-রোই ।

২ । (ক) করিগুম্বা বল অদু কাওগ্রবা মতুংদা মপানগী ওইবা মীওই অমনা বল অদুগী খোঙচৎ অদু লেপহনগ্রবদি, kick অদু অমুক হন্না কাওহনগনি ।

(খ) করিগুম্বা বল অদু কাওগ্রবা মতুংদা বলদুনা field মনুংদা থক্চিল্লকপ (goalpost নত্রগা cross-bar নত্রগা goal-keeper দা থাবগা) মতমদা মপানগী ওইবা মীওই অমনা বল অদু খোঙচৎ অদু লেপহনগ্রবদি, referee না শায়বা অদু খুদক্তা লেপহনগনি লোয়নন লেপহনখিবা মফম অদুদা বল অদু drop তৌরগা শায়বা অদু অমুক মথা চৎথহনগনি ।

৩ । (ক) Referee না করিগুম্ব penalty কাওরো হায়না ইঙ্গিৎ পীগ্রবা মতুংদা, Referee না goal-keeperগী খোঙফম goalline দা মফম চানা লৈতবা ওইরবদি, উরবস্থ উনা কাও-গদৌরিবা অদু অদুম কাওহনগনি । করিগুম্বা পাওন চনখিগ্র-বদি, অমুক হন্না penalty-kick অদু কাওহনগনি ।

(খ) Referee না করিগুম্বা penalty কাওরো হায়না ইঙ্গিৎ পীগ্রবা মতুংদা, বল অদু কাওক্রিদ্রিঙৈগী মমাংদা goalkeeper না মখোঙ লেংলবদি, লেংলবস্থ লেংনা কাওগদৌরিবা অদু অদুম কাওহনগনি। করিগুম্বা পাঞ্জন চনখিদ্রবদি, অদুক হয়া penalty-kick অদু কাওহনগনি।

(গ) Referee না করিগুম্বা penalty কাওরো হায়না ইঙ্গিৎ পীগ্রবা মতুংদা, বল অদুনা in play ওইদ্রিঙৈদা ঙাকথোকলিবা নাকনগী শান্নরোইনা penalty area মনুংদা চংশিল্লকলবা নত্রগা গজ ১০ গী অরাপ্পগী মনুংদা চংশিলক্লবস্থ কাওগদৌরিবা অদু অদুম কাওহনগনি। করিগুম্বা পাঞ্জন চনখিদ্রবদি penalty-kick অদু অমুক হয়া কাওহনগনি।

মরি লৈনবা শান্নরোই অদু caution তৌগনি।

৪। (ক) Penalty kick কাওগ্রব মতুংদা করিগুম্বা কাওরিবা শান্নরোই অদুনা বলদু কাওগ্রবা মতুংদা লৈমাকমচা ত.দবা লমচৎ চৎলক্লবদি পাঞ্জন চনগ্রবস্থ অমুক হয়া কাওহনগনি।

মরি লৈনবা শান্নরোই অদু caution তৌগনি।

(খ) Referee না penalty কাওরে হায়না ইঙ্গিৎ পীগ্রবা মতুংদা, বল অদুনা in play ওইদ্রিঙৈদা; কাওরিবা শান্নরোই অদুগী শান্নরোই অমনা penalty area নত্রগা গজ ১০ গী অরাপ্পগী মনুংদা চংশিল্লক্লবদি, referee না চংশিল্লক্লবস্থ কাওগদৌরিবা অদু কাওহনগনি। পাঞ্জন চনগ্রবদি পাঞ্জন অদু লৌরোই অমুক হয়া কাওহনগনি।

মরি লৈনবা শাম্নরোই অদু caution তৌগনি।

(গ) মথক্তা পনখিবা মতাঃ অসি goalkeeper দগী নত্রগা goalpost নত্রগা cross-bar দগী চোংথোরক্লবা মতংদা ওইরবদি মরি লৈনব শাম্নরোই অদুদা caution তৌবগী, মথক্ত, শাম্নবা অদু লেপঙলগা ঘটনা থোকখিবা নকম অদুদগী মারোক্লবা নাকন্দা indirect-free-kick অমা কাওহনগনি।

৫। (ক) Referee না করিগুম্বা penalty কাওরো হায়না ইঙ্গিৎ পীখ্রবা মতুংদা বল অদুনা in-play ওইখ্রিদ্রৈগী মমাংদ, goalkeeper না খোঙকম শোইরবা নত্রগা হখোঙ লেংলবা শোইনন ক'ওরিবা নাকলগী শাম্নরোই অমসু penalty area মনুংদ নত্রগ। গজ ১০ গী অরাপ্পদা চংশিল্লিদ্রৈদা কাওথ্রবদি, অমুক হনবা কাওহনগনি ( পাজন চলদবসু চন্দ বসু )।

মরিলৈনব শাম্নরোই অদু caution তৌগনি।

(খ) Referee না করিগুম্বা penalty কাওরো হায়না ইঙ্গিৎ পীখ্রবা মতুংদ', বল অদুনা in-play ওইখ্রিদ্রৈগী মমাংদা, নাকল অনিমকনি শাম্নরোইশিংনা penalay area মনুংদা নত্রগা কাওকমদগী গজ ১০ গী অরাপপদা চংশিন্নরকলবদি কাওথ্রবসু অমুক হন্না কাওহনগনি।

মরিলৈনবা শাম্নরোইশিংদু caution তৌগনি।

৬। Match অমদা penalty কাওননব' নত্রগা অমুক হন্না কাওনবা, full time নত্রগ। half time দা শাম্নবা অদুগী

মতম অদু শাংদোকহনগ্রবদি, শাংদোকখ্রিবা মতম অদু penalty কাওবা লোইদ্রিবা কাওবা শাংদোকহনগনি হায়রবদি Referee না পাঙন চল্লে নত্রগা চল্লে হায়বগী বারেপ পীদ্রিবা মতম অদু কাওবা ওইননি ।

পাঙন অমা চনব মতমদা বল অদুনা মপুম ওইনা goal line লাম্থোকুনা চৎকনি ।

(ক) Penalty kick তগী চুমদ্রিংনন',

(খ) Goalpost নত্রগা cross-bar দগী বলনা থারগা চোং-থোকরগা নত্রগা

(গ) Goalkeeper না বল অদু থেংগ্রবা নত্রগা শায়গ্রবা থুদক অদু মতুংদা Referee গী বারেপ পীরগা game অদু শায়বা লোয়শিনগনি

৭। মতম শাংদোকহনখিবদা penalty kick অমা কাওরবদিঃ—

(ক) para. 2 (ক) অমসুং ৪ (গ) নত্তনা মথক্কী para. থুদিংমক চৎনহনগনি ।

(খ) para. 2 (ক) অমসুং ৪ (গ) পনখ্রিবা মতাংদা থো-রকলবদি, game অদু goalkeeper দগী নত্রগা cross-bar নত্রগা goalpostতগী হেক চোংথোরকপদা লোইশিনগনি ।

Advice to Referees

Law অসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি অদুনা

(ক) Law ৫ (খ) মুখনা খঙজিল্লু।

(খ) Law 12 মুখনা নৈনগনি ; penalty kick করম্বা মতমদা পীগদগে হায়বদু মতাং অদুদা ময়েক লানা পীরে, অদুগীসু মথক্তা মরান অদো তোগে খননা লান্নকপা মতাংদদমক পিগনি।

(গ) Penalty কাওরো হায়বা ইঙ্গিৎ পীদ্রিবৈগী মমাংদা বল অমস্তুং শাম্নরোই খুদিংমক law গী মতুং ইন্না মকম চানা চানা নৈহনগনি। শাম্নরোই অমনা তোগে মতাগুম penalty area মধুংদা চংশিনলকলবদি, caution তৌ. অনম কল্লুকলগনা শামকমদগী তাম্থোক্তুনা শামবা য়াওহল্লগনু।

(ঘ) মমাংগী মরান [ penalty পীবা য়াম্রবা ] অদুনা শাম্নরোই অদুবু তাম্থোক্তুনা শামবা য়াওহন্দবা য়াবগী মরান ওইরবদি তাম্থোকখিবগা লোইননা penalty পীকম থোকপদা অদুদি পীদনা তোকলোই হায়রবা নিংশিংউ।

(ঙ) penalty কাওরিবা শাম্নরোই অদুনা অনিশুবা ওইনা cross bar নত্রগা goalpost তগী চোংথরকলবা মতম-দা অতোপ্পা শামরোই অমনা শোক্তিংদা মানা শো-কপা নত্রগা শামবা য়াদে হায়রব নিংশিংউ।

## Advice to Players

Law অসি মুন্না নৈনৌ, য়াম্না মরুওইবা মতাং অমনি। মথাদা

পললিবা পাউভাকশিং অসিনা নহাকপু নিয়মচুম্না অমসুং নিযম খণ্ডনা শামবদা মতেং য়াম্না ওইগনি।

(ক) শাম্নরোই খুদিংমক (goalkeeper নত্তনা) বলগী মনি'দা লেপপগী দরকার ওইদে। নখোয় খুদি'মক penalty area গী মপান্দা (field মসুংদা) লৈনিংবা মকমদা লৈদুনা ফিভম লৌজবা য়াই ভৌবদবু বল অদুদগী গজ ১০ দি লাপনা লৈ-গনি।

(খ) মভম লৈবা খিবিক্তা penalty-kick কাওদ্রিগী মমাংদা Referee গী ইঙ্গিৎ ভাইগনি হায়বদি, কাওবো হায়ব। ইঙ্গিৎ পীদ্রিডৈদা কাওবা য়ারোই।

(গ) Goalpost অনিগী মসুংদা goalline দা লেপপ্রবা goalkeeper না বল কাওদ্রিবমখৈ লেংবা য়াদে নত্রগা কনাগুম্বা শামরোই অমত্তনা penalty area মসুংদা মা-মাগী লৈফম খা-দোকতুনা চেনশিনবসু য়ারোই মসিগী নিয়ম অসিগী রাংমা-লাল্লুবদা caution ভৌরকনি, হজিম্না ভৌরুরগনা field দগী ভান-থোকভুনা শামবা য়াওহললকলোই।

(ঘ) নিংশিংগদৌবা অমনা বল অদু মাংলোমদা (কাওরিবা শামরোইদুগী) কাওখৎকদৌবনি।

(ঙ) Penaltyk-ick পীদুনা পাজন অমা চনপ্রবদি, ভাক-থোকলিবা নাকননা নিয়মগী রাংমদা চৎলক্তনসু referee ন' মরাম শিখিরোই, চনখ্রিবা পাজন অদু লেংদনা লৈহনখিগনি।

# LAW FIFTEEN

## Throw-in

বল অচুনা মপুম ওইনা নোংথক্ত নত্রগা লৈথাদা, Touch line বাংবা লাম্ভোকপ্রবা মতমদা বল অচু লাম্ভোকখ্রিবা মকক্ত অচুদগী, লাম্ভোকলমদগী শোকখ্রিবা শামরোই অচুগী মায়োক্কবা নাকলগী শামরোইনা ফিল্ডগী মনুংদা লংনিংবা মায়কৈদা লংগনি। বল লংগদৌরিবা শামরোই অচুনা বল অচু লংলমদাইগী মতমদা মমাং অচু ফিল্ড মনুংদা ওনশিনগদবনি. অমসুং লংলিবা শামরোই অচুগী মখোঙ অনি অচুগী শরুক অমনা টচ্চ লাইনদা নত্রগা টচ্চ লাইনগী বাংমদগী. লৈপাক্তা শোকলগা বল অচু লংগনি। লংলিবা শামরোই, অচুনা বল অচু মথুং অনিমক চংনা কোকথক বাংমা লানা কোককী ভুংলোমদগী লংথোরককদৌরনি। বল অচুনা ফিল্ড মনুংদা হেকচংলকপগা ইন-প্লে ওইবে লৌগনি, অদুগুম্বসুং লংলিবা শামরোই অচুনদি বলচু অতোপ্পা শামরোই অমনা শোক্তিংদ্রবা অমুক হন্না শামবা য়াদ্রে'ই। খেলা-ইনদগী চুমদ্রিবনা পাজন চনবা য়াদে।

**Punishments:**

(ক) নিয়মচুমনা বল অচু লংত্রবদি মায়োক্কবা ন্যাকল্না বল অচুনা টচ্চ লাইন লাম্ভোকখ্রিবা মকম অচুদগী

**Advice to Refrees:**

মুখ্য রেংশিনগদৌবশিং:

(ক) লাইন্সমেন্না করম্বা মফমদগী অমম্তুং করব নাকন্না খেল্টন থৌগদগে হায়বা ফিরাম্না ময়েক লানা তক্কনি। থৌবদু লংগদৌরিবা অচুম্বা অপনবা পীনদনবা হেনগনি।

(খ) খেল্-টন থৌগদৌরিবা শাম্রোই অচুম্বা মথুৎ অনিমক শিজিন্নবর; কনাগুম্বা শাম্রোই থবনা মথুৎ অনিদি শিজিন্নরগা চুম্বগী মাথনা থৌশিন্নরগা খেল্টন থৌবা য়াওই।

(গ) বল লংব মতমদা খুৎ অনিমক শিজিন্নদুনম্ম থাদব য়াদে।

(ঘ) খেল্টন থৌগদৌরিবা শাম্রোই অচুম্বা মখোঙ অনিমক (খোঙ্গী শরুক অমনা) বল লংলমদাইগী মতমদা হৈনমাব শোকনগদৌরবনি। কঁরি করিগুম্বা মতমদা খেল্টনদগী মাথোক্কনবা নাকনগী গোলদা লংশিনবা শাম্রোই য়াওই, অসিগুম্বা ঘটনা অসি থোরক্কবা মতমদা গোলকিক পীয়ু। অচুম্ব ওইনমক মপাগী গোলদা লংশিনজবা ওইরগনা, কোর্নার কিক পীয়ু।

**Advice to Players**

বলনা টচ্চ লাইন লাম্থোকপ্রবা মতমদা ঐগী নাকলনা খেল্-টন থৌগদৌবনি হায়দুনা বাকৎপা হৈনবগী শাকৎ থমগদু, মসি চৎনবীগী বাংমদনি অঁমম্তুং দর্শকারম্ব ওইদে;

অমুক লংহনগনি ।

(খ) বলদু অতোপ্পা শাম্রোট অমনা থেংজিনবৈ নত্রগা শাম-জিনবৈদা লংলিব মশাখকনা অনিরক হুব ওইনা থেংনুবা নত্রগা শাম্রুরবদি ঘটনা থোকপিবা মখম অদুগী মায়োক্নবা নাকন্দ ইন্দাইরেক ফ্রি কিক কাওহনগনি ।

## International Board Decisions

১ । থ্রো-ইন তৌরিবা শাম্রোট অদুনা করিগুম্বা বল অদু ফিল্ড মপুংদা চংলকনবা মতমদা অতোপ্পা শাম্রোই অমনা থেংজিনবৈ নত্রগা শাম্জিনবৈদা বল অদু মখুৎনা পায়দুনা শাম্রুরবদি, রেফ্রিনা মায়োক্নবা নাকন্দা দাইরেক ফ্রি-কিক অমা পীগনি ।

২ । থ্রো-ইন তৌগদৌরিবা শাম্রোই অদুগী মমায় মুদ্রু মাং থংবা মকচাংগী মক্ক খরা ওইরবসু মাওনা ফিল্ড মপুংদা ওনশিনগদৌবনি ।

৩ । থ্রো-ইন তৌরমদাইদ করিগুম্বা মায়োক্নবা, শাম্রোইশিংনা লংলগদৌরিবা শাম্রোই অদুব থগৎনবা নত্রগা, পুক্নিং চংহন্দনবা লাংশিনবা নত্রগা নুপোয়গুম্বা শাফিনদুনা পুক্নিং থগৎনবা হোৎনরক্লবদি মদুগুম্বা লমচৎ অদু লৈপাক্লমচা তাদবা লমচৎ অমনি, মরম অদুনা মরাল লৈরবা (শিং) অদু caution তৌগনি ।

লাইন্সমেন্না য়ারেপ পীরগনু ।

মায়োক্নব নাকলনা বল অদু হুনকম থোকদে হায়বা য়ারেপ্ পীগ্রবা মতুংদ অতাং মচাশিং শাজংকুম শাউবা উত্তুনা বল অদু লংথোকখিবা মত্রগা কাওথে কন্দিব তৌগনু । মসিগুম্বা শাক্তং অসি অয়ানবা লমচৎনি, রেফ্রিনা caution তৌরকপা মত্রগা তাম্থোক্তুনা শামথা য়াওহল্লু-হুব য়াই ।

# LAW SIXTEEN

## Goal-Kick

বল অদুনা মপুম ওইনা গোল পোষ্ট অনিগী মরক্তা শরুক য়াওদবা মায়োক্নবা শামরোইনা বল অদু থেংদগা নত্রগা শোকপ্রগা, নোংথক্তা নত্রগা লৈথাদবু ওইরবস্তু গোল লাইন লাম্থোক্তুনা চৎপ্রব মতমদ, ডাকথোকলিবা নাকম্না বল লাম্থোকপ্রি মফম অদুদগী খ্বাদগী নক্লবা মফমদগী ( গোল এরিয়া ) বল্দু পেনাল্টি এরিয়া বাংমা লান্না ইন প্লে ওইনবা কাওথংহনগনি । গোলকিক্তগী ইন প্লে ওইনবা গোলকিপরনা মখুৎনা বল ( মশাগী পেনাল্টি এরিয়া ) ফারগা বল অদু অমুক হন্না

কাওথৎলকপা য়াদে। পেনালতি এরিয়া বাংমা লাম্না বল অদু কাওথৎত্রবদি হায়বদি ইন-প্লে ওইননবা কিক অদু অমুক হন্না কাওথৎহনগনি। অতোপ্পা শান্নরোই অমনা বল অদু থেংদ্রিবৈঙে নত্রগা শান্নদ্রিবৈঙদা গোলকিক কাওন্নিবা শান্নরোই অত্রুনা বল অদু শান্নবা য়ারোই। অসিগুম্বা মকাওদগী চুমদ্রিংননা গোল (পাজল) চনবা য়াদে। গোলকিক কাওরমদা'ইগী মতমদা' মায়োক্নবা শান্নরোই থুদিংমক পেনালতি এরিয়াগী বাংমদা লৈগনি।

## Punishment

পেনালতি এরিয় বাংমা লাম্থোকপ্রবা মতম্না বল কাওন্নিবা শান্নরোই অত্রুনা বল অদু অতোপ্পা শান্নরোই অমনা শোক্তিবৈঙে নত্রগা থেংদ্রিবৈঙদা অনিরকশুবা ওইনা মানা শান্নরুরবদি মায়োক্নবা নাকন্দা ঘটনা থোকপ্রবা মফম অদুদগী ইন্দাইরেক ফ্রি কিক অমা পীগনি।

## International Board Decisions

১। গোলকিক কাওথৎলকপা মতমদা, বল অদুনা পেনালতি এরিয়া বাংমা লান্দ্রিবৈঙগী মমুংদা বল অদু শান্নরুরবদি, নিয়মগী মথাদা কিক অদু তৌত্রে, মরম অসিনা অমুক হন্না গোল কিক কাওহনগনি।

## Advice to Referees:

গোলকিক অদু করম্বা মফম (জগা) দগী কাওগদগে

হায়বা মূম্ন ভাকউ। কিক অদু ভৌগ্রিবৈগী মমাংদা শাম্নয়োই খূদিংমক অমম্নুং বল অদু নিয়মগী মথাদা লৈরবরা য়েংশিল্লু।

# LAW SEVENTEEN

## Corner-Kick

বল অদুনা মপূম ওইনা গোল লাইন লান্থোকপ্রবা মতম্দা গোলপোষ্ট অনিগী মম্নুংগী শরুক য়াওদনা, নোংথক্তবু ওইরবস্ত নত্রগা লৈথাদবু ওইরবসু, ভাকথোকলিব নাকনগী শাম্নয়োইনা বল অদু থেংপ্রবদি, ভকশিললিবা নাকনগী শাম্নয়োই অমদা কোর্নার কিক কাওহনগনি; মতুদি, বল অদু কাচিনগী কিয়ান য়ুংলিবা মকমদ সারকল মচেৎ অমা য়েক্লিবা জগা অদুগী মম্নুংদা বল অদু লেংদনা থিল্লগা কাওহনগনি।

অসিগুম্বা মকাওদগী চুমথ্রিংননা পাঞ্জন (গোল) চনবা য়াই। বল অদুনা ইন-প্লে ওইগ্রিবৈগী মমাংদা কোর্নার কিক কাওগদৌরিবা শাম্নয়োই অদুগী মায়োক্নবা শাম্নয়োই খূদিংমক গজ ১০গী অরাপ্পা জগাদা লৈগনি, কোর্নার কিক কাওরিবা শাম্নয়োই অদুনা, অতোপ্পা শাম্নয়োই অমনা

বল অচু শোক্তিংগৈ নত্রগা থেংদ্রিংগৈদা অনিরকশুবা ওইনা শান্নবা য়'রোই ।

**Punishment**

(ক) কোর্নার কিক তৌরিবা শান্নরোই অচুনা অতোপ্পা শান্নরোই অমনা বল অচু থেংদ্রিংগৈদা কাওরিবা শান্নরোই অচুনা অনিরক শুবা ওইনা বল অচু শান্নরবদি য়েক্রিনা মাংলোক্নবা নাকন্দা ইন্দাইরেক ফিং কিক অমা পীরগা, ঘটনা থোকখ্রিবা মফম অচুদগী বল অচু অমুক শান্নবা হোৎহনগনি ।

(খ) নিয়ম অসিগী য়াংমদা চৎলকপা খুদিংমক্তি কিক অচু অমুক হন্না কাওহনগনি ।

**Advice to Referees**

Law 16 দা পনখ্রিবা খুদিংমক থগৎজিল্লু ।

করিগুম্বা মতমদা বল অচুনা গোলপোষ্টতা থাজিনবা নত্রগা চোংথোরকপা য়াওজুন। কোর্নার কিক কাওরিবা শান্নরোইনা বল অচু ফংব য়াওই । কনাগুম্বা শান্নরোই অমতমা বল অচু থেংখিব নত্রগ শান্নখিদ্রবদি, মহাক্না বল অচু অমুক শান্নহনগদবনি । কন'গুম্বা শান্নরোই অমনা কোর্নারগী কিরাম চৈথোক অচু বল কাওরমদাইগী মতমদা লৌথোক্নুনা বল অচু কাওনবা হোৎনবা অচু য়াহনগদবনি, মহাকপু caution তৌ (লৈপাকমচা' তাদবা মশাম্না শান্নবগীদমক্ত ) ।

## National Association অমসুং Continental Confederations শিংদা পীবা পাউতাক

## Penalty-mark তগী penalty কাওনবা।

### (Knock-out competition দা ফল খঙনবা)

নোক-আউত কোমপেটিসন দা 'ড্রো মেটচ" ওইরবা মতমদা পেনালটি কাওনরগা তিম অমি অদুগী মমুংদা করমবা তিমনা মায় পাকলে নত্রগা মায়থীরে লাওথোকনি।

(মসিনা লাইবক চাং য়েংনবগী মতুং শিন্নবনি)

ফেদেরেল ইন্তরনেসনেল ফুটবল এসোসিয়েসন না ড্রো ওইরব মতমদা লাইবক চাংয়েংনবগী মতুংতা পেনালতি মার্ক তগী পেনালতি কাওনরগা (শায়বগী মমুং চন্দনা) করম্বা তিমনা অৱাংবা থাক চংবা মাবগে (নোক আউট) নত্রগা ত্রোফি লৌ-পদগে হায়বগী মতাংদা থাজৎলকপা রাকম অদু শোক ১৯৭০, জুনগী তাং ২৭ তা ফমথিবা ইন্তরনেসনেল বোর্দকী মিটিংদা অয়াবা মত বোর্দনা পীখ্রে।

১। করম্বা গোলদা কিক অদু ভোগদগে হায়বা রেফ্রিন খনগনি।

২। রেফ্রিনা অরুপ্পী অয়োংবী পৈশানা ভোগনি, মায়পাক্লবা নাকননা হায়া কাওবা হৌগনি।

৩। (ক) মথাদা পললিব পারা (গ) অমসুং (খ) গা মরি লৈননা কিক ভোগনি। নাকন অনিমকনা ৫/৫ কাওনগনি।

(খ) কিক অদু নাকন অনিমকী শায়রোইনা থম-থম কাওগনি।

(গ) টিম অনিমক্তা কিক মঙা/মঙা কাওনরকপা মতমদা নাকন অমনা চল্লিবা পাঙল মশিং অদু নাকন অমনা কাওবদা মাল্লবা ওমলল্লোইদবা লৈরবদি, মথা অমুক কাওহন্দনা শান্নবা অদু লোইশিনগনি।

(ঘ) টিম অনিমক কিক মঙা/মঙা কাওনরবা মতুংদা, টিম অনিমক্কা পাঙল মশিং মান্ননা চন্নরবা নত্রগ। পঙন অমতা চন্নবা ওল্রবদি, কিক মশিং মান্ননা মথা চৎথনা করম্বা (কিক মঙা কাওমহনবগী দরকার লৈতে) টিম না পাঙন অমা হেন্না চনবগে থঙনবা কাওহনগনি; টিম অমনবু পাঙন ১ হেন্না হেক চনবগা লোইশিনগনি।

৪। মথক্ত পনখিবা পারা ৩ (ক), (গ) অমসুং (ঘ) গী মতুং ইন্না কাওহনবদা পাঙন মশিং হেন্না চনবা টিম অদুনা মথংগী শান্নবদা য়াওব য়ারে হায়না লাওথোকনি লোইননা শান্নরিবা অদুগীসু মায় পাক্রবা টিম অমনি হায়না লাওথোকনি।

৫। (ক) প্যারা ৫ (খ) গী য়াকম অসি নত্তনা; শান্নবা লোইবা কাওবদ হায়রবদি ইক্সত্রা টাইম য়াওরগনা, লোইবা কাওবদা শান্নবা য়াওরম্বা শান্নরোইশিং অদু পেনালটি কিক ভোবা য়াই। মথোয়শিং অসিগী মতুংদা রিক্রিদগী অয়াবা য়াথং য়াওদনা নত্রগা য়াওরগা হাকী ওইনা শান্নবুংদগী মপান থোকখ্রবা শান্নরোইশিংসু পেনালটি কাওহনবদা য়াওবা য়াহনগনি।

(খ) শান্নরিবা প্লে অদুগী কম্পিটিসন গী নিয়মগী মতুং ইন্না শান্নরোই অশুক শিনবা য়াই হায়বা মশিং অদু টিম অদুনা শিনদোকখিত্রবদি, কয়িগুবা গোলকিপর অদু অশোক অপন থোক্ত্রনা

শামবা অহুদা মথা তানা য়াওবা ওঁমত্রবদি তিম অহুগী শিন্নবা পীথৎপ্রবা মীওইশিংগী মরক্তগী থমনা ( ইক্সত্রা টাইম য়াওবা নত্রগা য়াওদনা) শিনবা য়াই ।

৬। কিক খুদিংমক মথং মথং কাওবা য়াবে হায়রবা মতমদা শাম্নরোইশিংনা কাওপদৌবনি, গোলকিপর নত্রগা পায়া ৫ গী মতুং ইন্না শিনলকলিবা শাম্নরোই অহুম্ভ কাওবা য়াই নাকল অমতগী শাম্নরোইনা অনিরক কাওবা য়ারোই। শাম্নরোই মশিং শুনা কাওহনপ্রবা মতমদদি শাম্নরোই অমনা অনিরকশুবা ওইনা কাওবা য়াই।

৭। পায়া ৫ গী মতুং ইন্ন পেনালতি কাওনবিভৈগী মফুংদা শাম্নরোই অমনা হেক্তা গোলকিপর অহু শিনব য়াই।

৮। (ক) কাওপদৌরিবা শাম্নরোই অমসুং গোলকিপর অনি (নাকল নাকলগী) অহু নত্তনা লেমলৌরিব শাম্নরোই খুদিংমক পেনালতি কাওনবিভৈগী মফুংদা ময়ায়গী গজ ১০ গী সর্কল মফুংদা লৈগনি

(খ) কাওরিব শাম্নরোইগী গোলকিপর অহু পেনালতি কাওনবিভৈগী মফুংদা পেনালতি এরিয়া গী বংগদ গোল লাইনগা মায়োক্না ফিল্ড মফুংদা য়ামত্রবদা পেনালতি মার্কতগী গজ ১০ গী অরাপ্পদা লৈগনি।

৯। মমাংগী পায়া ১দগী ৮ কাওবগী মফুংদা লৈরিবা খিরমশিং অসি নত্তবা, গেমগী লোয়া নত্রগা ইন্টরনেসনেল বোর্দ

ডিসিজনদা য়াওবা নিয়ম মথৈস্থ পেনালতি কাওনরিবগী মফুংদা চংনহনগনি।

খণ্ডজিনগদৌবা:— পেনালতি মার্কতগী পেনালতি ক ওনবা অতু মৈতান মতিক চান কংদবদগী চৎথবা শুমত্রব-দি, শাম্নরিবা মেচ অতুগী কল অতু পৈশানা অরুপ্পী অয়োংবী তৌরগ নত্রগা চিঠি খেলা তৌরগা রাবেপ তাগনি।

## Memorandum on Co-operation between Referee and linesmen.

### Co-op·rati·n between Referee and linesmen Law 6.

মথ দা পীরিবা নিয়ম খর অসিনা রেফি অমসুং লাইন্স-মেন অনিগী মরক্তা নৈনগদৌব মরিশিংদু ময়েক লানা পীরে। Game গী লোশিংদসি রেফি অমসুং লাইন্সমেন অনিগী নৈনক্ম থোকপা পাউতাক অদুদি পীদে। লো ৫ অমসুং ৬শুবদা রেফি অমসুং লাইন্সমেন অনিগী তৌকম-থোকপ মথৌ অমদি শক্তিনচিংবা মরিকচুম্না পীগ্রে। পীগ্রিব অদুবুস্থ অনিগী মরক্তা নৈনক্ম থোকপা মরি অমনি হায়না লৌবা য়াই। লো ৬ শুবনা লাইন্সমেন অনি খনগনি পনগ্রে, মথোয়গী মথৌদি (রেফিগী রারেপকা মরি নৈননা)

(ক) বল অতুনা মপুম ওইনা নৈইগী রাংমা লাম্থোকগ্রে তাকপা (নৈমায়দা নত্রগা নেংথক্তা)।

(খ) বল অদুনা গোল লাইনগী বাংমা লাম্নথোকপ্রবা মতম্দা গোলকিক নত্রগা কোর্ণার কিক পীগদ্রা খঙ্ংনবা।

(গ) করম্বা নাকম্না ( টীম ) থ্রো ইন তৌগদগে তাকপা;

(ঘ) লোগা মরি লৈনবা শাম্নরিবা মেচ্চ অদুবু মশা নাম্না নিয়ম চুমনা শাম্নম্নবা হোৎনবদা রেফ্রিবু মতেং পাংবিবা।

Paragraph ( ঘ ) গী রেফ্রিবু মতেং প ংবিবা হায়বদি;

(i) বল অদুনা মপুম ওইনা লৈইগী বাংমা লানগ্রে তাকপা,

(ii) করম্বা নাকম্না গোল কিক; কোর্ণার কিক, থ্রো ইন লৌগদগে তাকপা;

(iii) শাম্নরোই অতৈদা শোকপা মাব নত্রগা লৈপাকমচা তাদবা খুৎশাননা শাম্নরকপা মতমদা রেফ্রিগী পুক্লিং চিংশিনহনবা;

(iv) রেফ্রিনা চস্মনরকপা মতমদা রেফ্রিবু খঙহন্নবা হোৎনবা।

Neutral linesmen. ( Train তৌরবা )

( নাকল অমত্তগী ওইদবা )

মথক্তা পনগ্রিবা মতেং পাংবগী নিয়ম অসি নিউট্রেল লাইন্সমেন ওইরবা মতমদা পীব অমসুং তৌগদৌবা মথৌনি। ক্লব লাইন্সমেন্না ( মশা মশা টীমগী মীৎইনা লাইন্সমেন ওইজব ) ওইবা মতাংদদি Paragraph (খ) অসি লাইন্সমেন অদুগী শক্তিগী মথাদা থমলোই। নিউট্রেল লাইন্সমেনগী মতাংদা লাইন্সমেন অদুবু এসিষ্টেন্ট রেফ্রি কৌবা য়াই। Game

থুদিংগী ওফিসিয়েল অহুম অহুম চংই, রেফিরী মকোক ওই-গনি অদুগা লাইন্সমেন অনিনা শান্নরিঙা অদু নিয়ম চুমনা মশা নাননা শান্নবা ঙমনবা রেফিরীবু মতেং পাংবা মীওইনি।

Club linesmen ( Train ওইদবা )

( মশা মশাগী টিমগী মীনা লাইন্সমেন ওইজবা )

ক্লব লাইন্সমেন্দগী রেফিনা মতেং লৌগে খল্লবদি মখাগী নিয়মশিং অসি ইনগনি।

(১) শান্নবা কৌত্রিরৈঙগী মমাংদা রেফ্রিনা পাউতাক পীগনি অমসুং খঙজিনহনগনি; রেফ্রিনা পীরকপা বায়েপ্পা অয়োইবা ওইগনি, বাংং তৌহল্লোই

(২) ক্লব লাইন্সমেন্দদি শুপনতগী বল অদুনা তচ্চ লাইন অদুবু তেক লাম্লোকখিবগা রেফ্রিদা ইঙ্গিৎ পীগনি অমসুং করম্বা মাকম্না হুনগনি (থ্রো ইন) হান্নবা অদু তাকনি ( রেফ্রিগী মত্তু মতুংইন্না হুনহনবা য়াই )।

লাইন্সমেন্না নিউট্রেল ওইরবদি রেফিরীনা গেম অমদা কন্দক্ট তৌবা মতমদা ডাইঅগোনেল সিষ্টেম ( য়েৎ ওইগী চুথেক অনি কাওনা চেনবগী মওংদ ) দ কনট্রোল (তাকশেনবা) তৌ-দুনা শান্নবা অদুবু চৎথহনগনি। নিউট্রেল লাইন্সমেন ওইরব-দি রেফিনা তৌনিংবা মওংদা কনট্রোল তৌদুনা গেম অদু তাকশেনগনি। মখাগী নিয়ম অসিগী মখাদা রেফিরীনা খাগী লাইন্সমেনশিংগা মরি চুংশিন্নবা হোৎনগনিঃ—

(ক) ঘড়িগী মতম চাপ্হনগনি।

(খ) নাকলগী তর্থোয় তথোয়দা কনা কনানা কৈরম কৈরম্বা নাকলদা লৈগনি হায়বা তাকনি।

(গ) গেম অদু চংথবদা প্লাইসমেন অদুনগী কাময়বা ক'লগত্রা খণ্ডনবা গেম হৌদ্রিহৈঙগী মথাংদা তীকথোক তাকশিন তৌদুনা য়েংগনি।

(ঘ) করম্বা প্লাইসমেনা মকোক ওইগনি হায়বা খনগনি।

(ঙ) কোন'র কিক মফম কদায়দগী কাওহনগনি হায়বা খণ্ডহনগনি।

(চ) প্লাইলমেনা পীরকপা ঈঙ্গিৎ অদু রেফ্রিনা নমথরে হায়-বগী য়াম্বা ইঙ্গিৎ রেফ্রিনা খণ্ডহনগনি।

(ছ) থ্রো-ইন গী মতাংদা রেফ্রিনা খুৎকী ফারুক য়েংবা ১নং প্লাইসমেনা খোঙ্গী কিতর্ম য়েংহনবা।

রেফ্রিশিংনা নাকন অমগুগী ডাইঅগোনেল সিষ্টেমদা কনট্রোল তৌব থাদোকপা কৈ। অনিমক খণ্ডজিনগনি অমসুং খুৎলোইনবা হোৎনগনি। সুংশা মতাম্গী, ফিল্ডন কন্তুখদগী নত্রগা সুংশিৎ চুনশিল্লকপা অলিনটি'ব থব্ব অসিদগী মাংথোক্রবা নাকন্নগী ডাইঅগোনেলদা রেফ্রিনা ওন্থোক্কনা শাম্বা অদু তাক শেম্লিংনবদি প্লাইসমেন্দা খণ্ডনগনি।

মথক্কী থক্ক অসি নত্তনা মওংদা রেফ্রিনা কনট্রোল তৌজবা য়াদ্রে অদুগুম্ব ওইদবক প্লাইসমেনশিংগা হায়না মপুংগী জ্ঞান লৈনগনি।

---

